# খুনুংলোনগী অর্থ

শ্রীনাহৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত



মমল লুপা ৩·৫০




লাইরিক অসি লেংজবদি ঐবু পোকপা শ্রীনামৈরাকপম অমুথোম্বা পণ্ডিত, মাতুল শ্রীলোংজম গোপাল পণ্ডিত টপল শ্রীখুমল্লম্বম অঙাংজাও পণ্ডিত ওমা অসিবু সেকসপিয়ার বড়-সাহেবনা কৌহনা হংবদা খুমল্লবগী লাইরিক কংজবগা ইয়াম্বা শ্রীতর্পণ পণ্ডিতনা শেমলম্বা লাইরিক কংজবগা অহনা লেংজবনি অরাংপা লৈরবম্ন মতুংদা অমুক ছাপচগে।

লাইরিক অসিগী মরমদা শ্রীঅশাংবম মীনকেতন কলেজগী ওঝানা য়াম্না বাবিখি।

লাইরিক অসি কোংবদা মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেশন্না লুপা ৩০০৲ পাংবিহনা ঐবু থৌগৎপি।

শ্রীনামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ

# খুনুংলোনগী অর্থ

## অ

অকনমিপোকপা—থৌনাফবা।
অকাবা—কাখৎপা।
অখাবা— অথৌবা।
অথুবা— মনাও, অপিকপা।
অথোম— থোমজিনবা, পুন শিনবা।
অঙনবা—অৱাংবা, মতিক মগুন লৈবা; অঙনবা চন্নু—মতিক মগুন লৈবা নিংভোল
অঙল্লা—হান্না হৌবা।
অঙাও— অঙাওবা, জ্ঞান তাদবা; অঙাও মাংহেন্নবা —অঙাওবনা মাং থাবা।
অঙাংবা—অপিকপা।
অঙানবা—শুমিৎ; অঙান চংলৈ —অঙানবা, অঙান চংলৈ খুনৌতোং—অমম অঙান খায়বা'; অঙান থোংলেন খুম —অঙানবা খুম্বা, অঙানবা লৈতবা।
অঙৌপাম্বা—অঙোম নিংথৌ; অঙৌবা চন্নু—অঙোম নিংভোল।
অচঙবা—ফজবা, অহিংবা।
অচলবা— ফজবা, নিংথিজবা।
অচাও—চাওবা, অচাওলেপ-ফাবা—চাওবা মপুং ফাবা।
অচালবা—পাগূনা তৌবা।
অচূলৈ—নোংচুরগা খাঙবা লৈ।
অচেন—চেনবা; অচেন

খংলৈয়াং—কন্না চেনবা, অচেন লোকলৈ হৌবা—লমজেল চেনবা।

অচৌ—চাওবা, অচৌ লেপ-ক্নবা—চাওরক্লবা।

অতন—অতনবা, অতন নাইবা —তনবা।

অতাম্বা—অরাপ্পা।

অতিং—অতাওবা; অতিং পুক্লিং পান্দমদবী—পুক্লিং লেপ্তবী।

অতিংঙা—অরেম্বা।

অতেংবা—নিংথিজবা, ফজবা, অতেংবী—নিংথিজবী, ফজবী।

অত্তেবা—অতপ্পা, শাওদবা।

অতোংপা—অনোইবা।

অথা কাইবা—ইফিং ফিংবা।

অথৌ—অথৌবা; অথৌ থৌশিশাং—অকল অথৌ; অথৌ থৌশিশাংবা তেংথা-নবা—অথৌবনি হায়ত্তনা শিংথা[redacted]পা, অথৌ লাঙোনবা—থৌনা ফবা, অথৌ লিচা হেল্লা—অথৌবা।

অদোন—খুমন।

অনংফিছাইরোইবা—মথোঙ য়াংবা।

অঙ্গি—লাইরিক্কী অহৌবা; অঙ্গি লাইয়ুম য়েকপা—লাইরিক ইবা; অঙ্গি লৈমা শিংজা থোম্বী—সরস্বতি।

অনৌ—নৌবা, অনৌ খিংনিং-ত্তেনা—অমুক নৌবা হন্সিল-লকপা, অনৌ হন্না—অমুক হন্না।

অপানবা—অৱাবা।

অপাবা—অথেনবা, অরনবা।

অপাম—অপাম্বা; অপাম চেংলৌ মিংথিংপা—মিংনা য়েংবদা পাম্বা।

অপোক—পোকপা; অপোক-চা—পোক্লকপা মচা; অপোক লিক্ছই—অপোক-অসি; অপোক লিক্ছইগুদা—পোকগুদা।



অমম—মম্বা, অমম লৈশারোক—অমম্বদা শারকপা।

অমল—শিবা; অমল পাথরবম্ব—শিরবম্ব, অমল পিখোম্বা—শিবদা উনবা, পোৎলোই-বা; অমল শিংদা থারবা—শিবগী শিংদা চল্লবা; অমল শিরৈ তোংবা—শিবা, অমল শিহুন লোইবা—অশিবগী থবক লোইবা, অমল শিগ্নাই চনবা—শিগদোরবা, অমল য়াইথোংকুম্বা—শিবা, অমল য়াংলৌ থাম্বোকপা—অশিবগী কু থাংদোকপা।

অমাই—মাইবা, অমাই লেংদিনবা শংলেন—মাইবা লোইশং।

অমু কোইজা য়েকপা—অমুবন কোইনা য়েকপা।

অরাবা—মৈ, ময়েক শেংবা।

অরাময়াম্বা—পোথাবা।

অরুম্বা—অকনবা, অহকপা।

অরেম্বা—কচ্ছবা—[illegible]।

অরোংচা—শাতিম্না ফমলুপ।

অরোনবা—অচেৎপা।

অরা—রাবা, অরা থোদোংমন—রাজমন; অরালমদনবা—অরা পোথাবা; অরাহকনচোক—রাহুনা চোকথবা, অরা হুইজোন লাংদবা—অরাবা লৈতবা; অরা হুইরাং শোনবা—অরাবা পোথাবা।

অরাং—অরাংবা; অরাং কোরৌ নোংমাবা—নোংথক্কী লাকপা পাথ'বা, অরাং থা'রাই পাথং য়োইরেন তোমপোকপা—সরারেন; অরাং নোংনিংথৌ—নোংথক্কী নিংথৌ, অরাং শরু লুতোংলৈ—শরুগা তোংগদা পকপা মীগী পুন্সি।

অশা—শাবা, অশা কম্না—শার শারগা; অশা থোইনা—শার শারগা; অশা লৈ—হুংশা

—পোৎলেন ফাঝা।

ইতিক—ঐনা তৌবা ওয়া।

ইতুরৈগীনে—তম্নকপগীনে।

ইতম্না—ঐগী লম।

ইথবাই—ঈশিং চেম্থকম।

ইথেম্বা—ঈশিং চেলহনবা।

ইথোইদবা—ঈশিং হেঙ্গত্তবা।

ইথোকফম—ঈশিং থোকফম।

ইথোক্লকপী—মথোক কারকপী।

ইদাইরেম—ইনাই।

ইদ্রু—ইপুরা, ইদ্রু লোকপৌ তুজিন থক্কী—নহা ওইরিঙৈগী

ইদোম—ইথম্ভ, ইদোম পাং-শোই নিকপা—ইতোমতা ভাইবা।

ইথোংলিগুম শোইরবা—কায়নরগদবা।

ইন্নম—পে।

ইন্থা শাবা—চিম্বান কোথবা।

ইন্থেংবা—ইন্থোকপা।

ইন্দাববা—য়োনবা চৎপা, থিরকপা।

ইনফুই—ইল (ওা ফানবা); ইনফুই তোম্নরংবা—ইল হুনবা, ইফুই মাইরংশোনবা—ইন শেনবা।

ইনম—ইনঙ্গন; ইনম মুকপা—তুং ওন্দুনা চেনবা।

ইনারোই—ঐগী লোই।

ইনিং লৈময়োন—ইনম শিজ।

ইনু—মুপী;

ইনুশংলৈরেক—থাগী লৈ লাকপা, ইনুশংলৈরেপ—মপুং ফারবী, লৈশাবী, ইনু শিয়োম—নাওয়োম, ইনুশি-য়োম্বা—পুকচেল তিম্নবা; ইনুশিয়োমনুং—গর্ভ মনুং; ইনুশিয়োমলাদা—নাওয়োম য়োমত্তনা লৈরিঙৈ।

ইনুং—অহিং, ঈশিং; ইনুংচং—য়ান্না পাম্বা; ইনুং মিশেং খাওবা—অহিং শওবা, ইনুং শোরা তৈবা—নোংঙ্গানবা, ইনুং হকপা—ঈশিং অরুবা।

ইনেম মচা—ইনেমগী মচা।

ইনোংথৌ—ঐখোইগী নিংথৌ।

ইনোংয়াই—ইণ্ড।

ইনৌকাবা—পুক্নিং মুংঙাইবা।

ইপা—ঐবু পোকপা; ইপা তাও—ইতাও; ইপারেল—ইচা অহল।

ইপাক—ঈশিং অচৌবা; ইপাক থক—ঈশিং মথক।

ইপাল্লাংবা—ঈশিং শোকপা।

ইপোকপা—ঈশিং পোকপা।

ইফাইচনবা—ঈশিংদা লাক-শিনবা।

ইফুকম—ঈশিংদা শান্নকম।

ইবিংঙা—ঐখোই অনি।

ইবুংথৌ—ইয়াম্বা; ইবুংথৌ নোংথৌরেল পুমাবা--ইবুংঙো নিংথৌরেল, লৈবাক নিংথৌ মপু।

ইমাই—ঈশিং মমাই, মায়; ইমাই খুম্বা—ঈশিং মমাই খুম্বা, ইমাই নোংনেম লাইন পাংব্রম—ইমায় অরাং পাংবা।

ইমান—ইকু; ইমান কৌবা চিংথংলাং—লাইগী লৈকম চিংথৈ পাংবা।

ইমাশিল—ঈশিং মরিল।

ইমু—ঈশিং, খোইরি; ইমু খোঙগাওনবা— ঈশিংদা খোংনা কাওবা; ইমু খৌ-য়েক্লবা—ঈশিংদা ইরাক্লবা; ইমু তোঙচিং—ঈ চুপ্পা; ইমু তোংদম চিংবা—ঈ তোং চুপ্পা, ইমু পাক্তব্লবা—ঈ থোকপা, ইমু মঙাও হৌবা —ঈশিং চাওবা, ইমু মমৈ খক্লম থক্তা--ঈশিং কংফাওবা; ইমু ময়োন শৎপা—ঈশিং হায়দোক্লুনা শোকপা।

ইমোম—ইচান্নপী।

ইরমথৈ—ঐগী লমথৈ।

ইরাই—হুমিৎ অমগী মমিং: ইরাই ভান—ঈশিং ময়াই

ঙানবা ( ইপোম ছোবা ) ; ইরাই ফুনবা—ঈশিং মমায় মেনবা।

ইরাকলৌ—ঈশিং লৈবা লৌকম।

ইরানবা—ঈশিং লানবা ; ইরানবাই—ঈশিং লানবা।

ইরাল—ইয়ুম ; ইরালয়াই—ঐগী ইকম।

রাৎপা—পূজা তৌবা।

ইরিক লাই—ঈশিং লাই।

ইরিকম—ঈশিং লিক্লুনা থম্ফম।

ইরুম্বী—ইতু।

ইরেংপুরারী—থাইনগী রারী।

ইরেম্বুং—ঈশিং অচৌবা।

ইরেল—ঈশিং অরুবা ; ইরেল চল মাস্লেকাবা—অহল ওইবা।

ইরৈকাই—ইখুঙ্গং ; ইরৈ কাইবা—ইখুঙ্গং কাইবা।

ইরৈমা—লাইরেম্মা।

ইরোইনবা—লোইনবা।

ইরোক—চীংগী লোক।

ইরোন—ঐখোইগী লোন ; ইরোন পাওরন তোইয়াদ্বা—রা অচুম্বা ঙাংদবা।

ইরোম্নুং—ঈশিং মনুং ; ইরোন-নুংদা তুমখিবা--ঈশিং মনুংদা তাখিবা।

ইলুম—য়েম্পাক ; ইলুম শোক্কোং—য়েম্পাক য়েংখ্রুং।

ইলেন—ইন ; ইলেন থাগুপ হৌবা—ইন চিংবা ; ইলেন খানবা—পে খানবা।

ইরাইবা—ঈশিং লানবা।

ইরাং—মোইরাং ; ইরাং পুং-ফারোন—মফি লৌথোক্লুনা থম্বা ; ইরাংমা—তুরেল রাংমা ; ইরাংলোন— মোইরাং নিঙোল।

ইরাকমনা—লাইরিক লেংবা ঐনা।

ইরান—য়েনশাং থোংনবা পাত্র ; ইরান থোইদৌওৎ—য়েনশাং

থোংবা।

ইথানবা—ঈশিং শোকপা।

ইশঙ—ঐগী শঙ; ইশঙ লৈনশা—ইয়ুম শাবা।

ইশং হাইকপ—ইশং থাংবা।

ইশম হৌবা—তুবৎ শম্বা, ম্বাশকপা।

ইশা—অমত্তা ওইবা; ইশানৌ—ইনাও; ইশাবী—ইয়াম্বা।

ইশিংপা—ঈশিং শিংপা।

ইশু—ইচান্নুপা নত্রগা ইচান্নুপীনা পোকপা, ইশুরোন—ইশু মরোন।

ইশুংলাং—ঐগী মরমগী।

ইশোকপী—ঈশিং শোকপী।

ইশোথংপা—ঈশিং চাওরকপা।

ইহন—হনবা; ইহন পাওহন্নবা—পাও হৈজৎ হন্দা চৎপা; ইহনলেন—তুরেলগী ইহন অচৌবা।

ইহা—ঈশিংদগী তাওথংলকপা।

ইহুইরোন—ইমৌ।

ইহুন—পোকপা, হৌরকপা; ইহুন কবা—চংথোম্না পোকলকপা; থুনা চাওবা।

ইহৈথবা—নোং তাবা।

ইহৌ—অহানবা; ইহৌরকপা—ঈশিং চাওথংলকপা।

ইয়া—ঈশিং ময়া; ইয়া চাও—ঈশিং অচৌবা।

ইয়াই—ঈশিং ময়াই; ইয়াইরাংনা—ঈশিং ময়াই য়োম্না থনবা।

ইয়ু—ইপু; ইয়ুবা—ইবুধো।

ইয়েন্নু—ধারা (কাংলুপ)।

ইয়োং—কিশানবা হৌরবা কি, য়োংথম; ইয়োং কোংকিথো—ইয়োং তিংবা।

ইয়োংবা—ঈশিং থকপা।

ইয়োন—ইয়েন।



ঈমদগী—ঈ অমত্তদগী। | ঈবা—নাবা (হকচাং ভমদবা)।



উইপোংদোলোন—রা ফৈবা।
উকাক খুনানবা—নাম্বা।
উকুহনবী—উ মগুং হন্দোকপা।
উক্রোংহোংবা—ফিরোই (কির্ত্তণ)।
উথা থাবা—উগী মথা থাবা।
উখিল্লবা—উ য়ুংবা।
উত্তোমপোক—উ মতোমদা হৌবা।
উংথা—উং।
উথিং তানবা—ফাবা।
উনগোইমুং—পুকমুং।
উনচিক—অইংবা।
উনথম্বী—নপ; উনথম্বী চাই রাম্নবা—নপ তাবা।
উনবী—পুক্লিং, উনবী অদোন নাইকরোই—পুক্লিং মরোং মরোং লোংবা হৌনদে; উনবী কজক হৌবা—শাওনিংবা; উনবী চক্কম হোংবা—পুক মথক মথা ওনবা; উনবী চাম্ব ফবী—পুক্লিং লৌশিং ফবী; উনবী নিংশিং তাংথৎনাইদবী—পুক্লিংদা অকাওবা লৈতবী; উনবী পুক্লিং থোইথৈ তানা রাচিনৌও—নবুক চংনা লৌও, উনবী ফকমাংনবা—মপুক শেংদবা, তৌকম খঙদবা; উনবী লিয়েং-নফরোই—পুক্লিং চিংনগম্ব; উনবী লৈখন তাবা—পুক্লিংদা

রাথল তৌবা।

উনায় তাল—উ শিংনানবা।

উনিং তাং—রা মতাং।

উনৌ—উ অনৌবা; উনৌ কোন্দে কোয় হুনবা—কোয় পোকপা, অতোনবা; উনৌ তেনজৈরিগা ফাবা—উনৌ তেনজৈগী মরি পানবা।

উপিস্র—উপীশীং।

উপী—শীং; উপী থারোন—শীং মপৈ।

উফৈ—উ ফৈবা; উফৈ ফান্দোং খাইবা—উনা কাংথক হাবা

উমত্রু—মমায় লুকথবা, নোম্ববা

উম্বী—থৌনা ফবা, উম লাওবা মখোল; উম্বীশা—অথৌবশা।

উমল—উগী মমল।

উমিংলোই—উগা মমিং মান্নবা।

উমু—মতাং অমা; উমু তাংমরা—মতাং পান্দবা; উমু পয়া—মতাং অমতগী পয়া (মতাং য়াওদবা পয়া)।

উরা—উগী মরা; উরা পামজিং হৌবা—উ মরা য়াওনা চিংবা।

উরাই হুকপা—উদা হুকপা।

উরাওচৈ—উ লাওবদা পাইবা চৈ।

উরাংমৈ—ইনথংলকপ, উ জাং অমগী মমিং; উরাংমৈ খাংনৌবা—উরাংমৈগুম খাংপিকপা।

উরিং—উ লিংবা; উরিংকোন—উ হৌবা মফম।

উরিঙ—উনশাগী অনাবা ম ল অমা; উরিঙ মাইহিং থোংদবা—মাইহিং কাদবা।

উরি কিশি—উরি রারী।

উরেপ চাথিন্নবা—মপুক মথক মথা ওনবা।

উরোষ্টনবা—উ পুবা।

উল—মউল; উল ক্রক—অইংবা থা ৬।

উনাং—খিকলোই।

উয়ুকশেৎফনা—উ মুয়ুবা শেকম থাবা।

উয়া—উ ময়া (উ মনাক) উয়া রেম্বা—উগী মনাক্তা লাকপা।

উয়োক—উ য়োকপা ; উয়োক কোন—উ য়োক্লুনা থম্বা মফম।

উয়োম্‌ং—উ মসুং।

# ও

ওইনমহু—চহূ ইরান।

ওইফদবা—ওইবা য়াদবা।

ওইত্রে—ওইরম।

ওঁকার—ঙুং ঙুং ঙংবা।

ওঙ্গাইনবা—ওরুবা, থেংনবা, উনবা।

ওংলৌ—হকচাং।

ওক্তান য়াংগুম্বা—ওকতানব-গুম্বা।

ওরুবা—উনবা।

ওকলাকপা—ওক।

ওকলাকোন—ওক লৈওনকম।

ওকলুয়ান—ওক ময়াম লোইরা।

ওন্দেবা—হন্নবা।

ওন্না—লান্না, লান্থোকপা।

ওনবা—লৈবা, লৈবাক্তা ওনবা, লম্ ওনবা।

ওমথরকপা—গর্ভ পুবা।

ওলাংবা—শাওবা।



ঔগরী—নাইরোন ; ঔগরী কোয়ো য়ারী - ঔগরী য়ারী ইশৈ ।

ঔরি—থৌরি ।

ঔরি লিয়াইবোগ—থৌরি চিংবা ।



কং—গুজা পুমবা ; কদা থাংবা —পুম্বুবা পুম্বা ।

কংজেক নেনচিমবা—পাঙম্না হোংলবা ।

কংবা—অকাংবা ; কাংদা ইয়া-হেপ—কংক্রান ময়া ।

কংলা—কোয়ুংগী কংলা ; কংলা চেনপা য়াংবা—কোয়ুংগী কংলা থুনা কাংবা ; কংলা থোম তরেৎ—কংলাগী থোম তরেৎ ; কংলা ফান্দং মেনবা—কংলাদা ফন্বা, কংলা মী য়ক—কংলাগী লোইশং, মী অফবা ; কংলা লাইবা পকি কন্বা—কংলাদা য়াহেল তৌবা ; কংলা লিরা শেংপা—বিচায় তৌবা ; কংলা শিং-কাপ তবা—কংলাদা কবা, নিংথৌ ওইবা ; কংলা হন্দোং কবা—কংলাদা কন্যান তোংবা ।

কংলৈ—সহর ; কংলৈ য়াথোক-পা—সহরদাও থোকপা ।

কংলোন—কাশি ; কংলোন হেপ্পা—কাশি হৈবা ।

কংলৌ—মৈরকং ।

ককচেং—জীব জাং অমা ; ককচেং থোংদোকথোক—ককচেং ময়াম তোংবা ।

ককতাং সুদাংদা—রা মতাং তেনশিন্দবা।

ককনা—ককথংপা; ককনা শমজি লমদাইথেং—মণ্ডক কক্কনা ছাৎকম।

কজিন করাও—নিনবা; কজিন করাও থোকপা—নিম্ভোকপা, লাওথোকপা, শন্দোকপা।

কজেং থাংলেন পাইজদে—মফম অহু লাইজোদে।

কজেং য়োংহককচনবা—য়োং তৌবা।

কদাইরম—কদাইদা।

কদৌবা—করিগী; কদৌনগো—করি কান্নগদগে, কদৌনোংগীনো—করি মরমগীনো।

কপ্পাওবা—শাওবা, কপ্পাও কোলোই—য়াথং অয়াকপা, কপ্পাও মৈপোকথোকপী—শাওগনবী।

কনদু মুংবু শিনা—মপুক মুংশিনা।

কনা—কনানা; কনানরিরোই—কনাগু ওইরিরোই।

কবো—লম অমা; কবো ভাইবোং লৌথিবা মৈনরুক্—কবোগী থুমুক ময়াই পোংবা।

কমপু—সিফাই।

কম্বা—থাংনা য়ানবা।

কম্বো নকায়াম্বা—নওং নভৌ অয়াম্বা।

করম্বনা—করম্না।

করাং থৌবি—মণ্ডাল; করাং থৌবি লোকমাই হেল্লিরিভে—মণ্ডাল কল্লিরিভে।

করেম্নবা—উশিত্তবা, হায়শিন্নবা।

করোং—হৌথিবা থবক; করোং থুং কুম্বা—লমন শিংবা।

করৌ—মুমিৎ, অরাংবা, মুংশা, স্বর্গ, করৌ মপিভোন—নোংচুবা।

কলহৌ—মকনথি, কলহৌ

নিকপা— মকনথি হৌবা।

কাই—দোলাই, কু, লাং; কাইকোং—ঙাচিং। কাইতে—লৌ ঙাক্নবা শগাই; কাই থাকম—মী অশিবা থম্বা মফম; কাইনা হুনবা—ফাবা, হাৎপা; কাইমুং চংবা—মথুল চংবা; কাইরেন কাইজো—কু জাৎ অমা (অচৌবগী কু); কাইহৌবা—অমুক হৌরকপা।

কাইনৌ—অনৌবা, সমজি, থবানমিচাক কাইনৌ চিন ওনবী—চিহিবী; কাইনৌ পেক্রক শাইভারান—চান্দুবা।

কাইবা—লৌথোকপা।

কাইবী—শওম, খুন; কাইবী লৈয়ানখোং—শওম য়ানবা খোং।

কাইরেল—লশিং হাপ্পা পোলাং।

কাইরৈ—য়েল; কাইরৈ য়েলহৌবা—য়েনগুম্মা খোংবা।

কাওখন মরিল হাংবা—লানবা য়াদনবা থম্বা।

কাওঙমদবা—কাওবা ঙমদবা।

কাওজনবা—থাজবা (নিংঙোল থাজবা); কাওজনৈ—থাজখিভৈ, ওংখিভৈ, কাওজনরে—থাজনরে।

কাওবী—কোক; কাওবী চীগলুক—মরু লুকপা; কাওবী শনন্দনা ওংবা লিগুম্বা—তৎপা নাইদবা মরি।

কাওবী শুমলোই তাওনা—কাওশিং কাওরা তাওবা।

কাওমাবা—হোগাইবা।

কাওরেল—যণ; কাওরেল চিংলোইব্রা—মচি শাংবা যণ, কাওরেল নোংদম শন—যণ অদুনা য়োকপিবা, কাওরেল মাংদ তাবা—যণ মপীগী তুং ইন্দ্রবা; কাওরেন শনফাং-

হোই—ধন পাক্সং হোইবা।

কাওশৌ—শোরাঙ্ক ( লু মখল অমা )।

কাওগ্রু—চীং ; কাওগ্রূ শিংডেল লৈওইনবা—উফুল তৈবা।

কাজোই—খুকউ ; কাজোই চকমাই তোনবা—খুকউ পান্মবা।

কাংতোই ছুমাবী কানা থাং—থাজোন ; কাংথং কাংচাই—কাংখোং চাইবা।

কাংফৈ—ফৈবা, কাংফৈ লোঞ্জা মকাপ্লক—কাংজৈ পাইবা গুপ্লবা।

কাঙমলোই—কাবা ঙমলোই।

কাছা—নোংদোন্দা পাইবা লাই ; কাছা চাওবা—লাইবক খিবা ; কাছা তাইবা—লাই পুজা তৌবা ; কাছা পাও তাকপা—থক্তা লৈবা লাইদা তাকপা।

কাজক—কম্বি ; কাজক হৌবা —কম্বি হৌবা।

কানথা—লাম্বোকপা।

কান্নু চোংনা—লাম্বোক্কনা।

কানেখোন—যম লৈবাকী অসিবগী খোঞ্জেন।

কাপতিংচা—কাকৈক।

কাপতিং য়াইথংবা—কাপচৈ।

কাপু লৈথৈলেংনা—চেপপ লাকপা ; লৈবাক কাওনা।

কামা থাবা—চথোকহন্দবা।

কাপরাইরাং—নোংমৈ শিংজং কাপরাইরাংগুম্না—নোংমৈ শিংজংগুম্বা।

কাবিবা—লৌশোকপা।

কামখাইবা—কামচনা থুগাইবা।

কাম্বা—অকনবা ; কাম্বা কাও —অকনবা কাও।

কালা—অমুবা, কালা মুংফাবা —লাই অমুবা, কালা রাজা—নিংথৌখোং নিংথৌ।

কালিকা নোংথাং লৈমা—দুর্গা দেবী।

কিশি—অমগা অমগা কিশিন-বা ; কিশি তাওবা—কিশি থোকপা।

কিয়াংনমথৌ চিনখুবা—তুম্বা, কোরেক।

কিয়ার মোম্তেক—মোন।

কিয়োম্বা—য়োম্বা।

কীন—কিম্বা।

কুইবা—শাংবা।

কু কু—কু কু লাওবা।
কু কু মীরোন থোক্তিভৈ—রা ভাংবদা কু কু হায়রব থোক্তিভৈ (অভাং ওইরিভৈ)।

কুদম ওনফম—মকু হুফম।

কুবিবা—চানবিবা, পিবিবা।

কুমগাও নিকপা—কুম কাংবা।

কুমজা—চহি।

কুমজিং—চেৎনা, কুমজিং পাগ—অচেৎপা রা ; কুমজি লোগশিন্ন—কুম অহু হাভ-দনা ; কুমজিং লোনমাইথক—কোয়েৎ মথক।

কুমথি—কুম ফত্তবা, কুমথি কুমগাংবা—নোং চুবা রাংপা কুম।

কুমদম্বা—কুম অমগী অছানবা তম্বা ; কুমদম লৌ—কুম ১গী অহানবা তাবা লৌ।

কুম্বদা—চৎপদা।

কুম্বা—নোং, চহি ; কুম্বা ময়াই কারকপা—সুংভাইরকপা, কুম্বা য়াই চেংনিবা—নোং তাদবা।

কুম্বাবা—চহি অমগী ওইবা।

কুম্বী—কুমজা।

কুমলিক পাই—কুম অমগী অনৌবা হৌরকপা।

কুমশা থি—কুম ফত্তবা।

কুমশাবা—চহি খুদিংগী ভোগ-দবা ( চহিগী )।

কুম্মৈশোনবা—মমৈ কৌবা।

কুমার—চফু শাবা।

কুরাও—উ জাৎ অমা, কুরাও পাল্লংথাং—খাংদা পাই

য়ানবা ; কুরাও হংজে লোন-বা—মখোঙ পুনশিনবা।

কুরাং—উল, কুরাংগুম্বা—উল কুবা, খুরাং লৈন হু—মউল হুবা, মউন খোকপা।

কুরাক লমদাইবা—খুনগী লাইদ তাইবা।

কুরু—মকু মকু কুবা, কুরু খুবা—অশোনবা, কুরু হনবা—অহন ওইরবা।

কুরোন—মকু; কুরোন হুবা—মকু খোকপা।

কুবা য়াচু শাইবা—থা চাবা।

কুয়োম—মকু য়োম্বা; কুয়োম তানা পানবা রা—রাকক্রোক পান্দবা রা।

কেগেরকী—মোইরাং।

কেৎনবা—থেংনবা, খৎনবা।

কেম্না—পাম্না, পুম্নমক।

কেনবা—তাবা।

কেম কেম্বা—অশিবা, অমনবা।

কেমলাইবা—অরেম্বদা মাংবা।

কেলবা—তাবা; কেলউম কেন্দ—কেন্দ্রিডৈ।

কৈক্রুল—কৈঃ পান্নবা।

কৈখোঙ—কৈঃ মখোঙ, কৈ-খোঙ কামরৈমা—কৈদগী হৌবা মহারাণী।

কৈথেল—পোৎচৈ য়োনফম, কৈথেল ৩ থোইবা—কৈথেল অহুমগী মমল হেনবা (য়াম্বা)।

কৈদল্লোই—কৈ তানবা লোই-নবা মী।

কৈনবা—লোইনবা।

কৈফক—কৈবন; কৈফক য়ুংবা—কৈবন শাবা।

কৈরাং—কৈ ফানবা লাং, কৈ-রাংলম—কৈরাং পুহুনা চৎপা লম।

কৈরুংবা—কৈঃ পান্নবা মী।

কৈরেন—কৈ, কৈরেন থাংলেন-গে-কৈগুম্না হাৎকে, কৈরেন তেংথাবা—কৈমুক থৌবা, কৈরেন হৌবা—থোনা ফবা।

কৈরেল—ফৌ থম্নবা কৈ ; কৈরেল ইয়োংলম—কৈঃ গী মীনা লৈরুবা।

কৈরোনচীং—কৈ লৈবা চীং।

কৈশিং লেনবা—কৈ ময়াম ফাবা।

কোইজৈ—কাংজৈ।

কোইথিং হুরাবী—হজোই।

কোইহুয়েল—কাওনবা য়েল।

কোইরবা—তেকপা।

কোইরেল—কোইরেল ফম্বাল তোংবা—ফম্বাল তোংবা নিংথৌরেল।

কোইশেৎনবা—কোয়না শেৎপা।

কোং—কংফাল।

কোঙ্গাই—মচেৎ, অচেৎপা।

কোঙ্গোই—কিশি, কোঙ্গোই ইরারেপ মুংঙোনবা—ঐগী ইবুঙ্গো লৈবা রা অসি পাওমেন্নবা ; কোঙ্গোই মিৎশা ওনঙমদে—মিৎ পাংবা ঙমদে ; কোঙ্গোই মিৎশা ওন্না—মিৎ কুপ্তুনা।

কোঙ্গোইবা—পুন্দুনা থম্বা।

কোংদিং—শম্বুন, ফি।

কোংনা—মূম্না।

কোংলৌ—শাবন।

কোংয়াং—রা, কোংয়াং তঙ্গা পৈ—রাগী থাবৈ, কোয়াং নাবু লুরুক রা—মনা পুংবা রা, কোংয়াং নোংবু লুম্না পানবা—রানা হুমিৎ থুমজিন্না হৌবা (রাপন ফবা) ; কোযাং পন্দোনয়া—রাখোং; কোংয়াং রাথন থাইশকপা —রাচেৎ থাইবা ; কোংয়াং রাতারি তারি লেংবা মরাক থং ২ তা পাইজ মরা ওই চিন্নান তারিখোংনা খোম্নৌ রা—বাশী, কোংয়াং রাতোন থক্তা থংতাকপা—রাতোন য়োরগা মী পুন্নমক থঙবা।

কোকথোকপা—শেংদোকপা।

কোকলেন—খ্‌াইগী মকোক।

কোকশা পাকলোই—কোয়েৎ।

কোকশেৎনবা—কোক্তা য়েৎপা।

কোক শোক্লবা—কোক অনি শোক্লবা।

কোন—পাৎ; কোন খাং—ময়েক, কোন খাবা—পলথিংবা, কোন শাং চক য়াইম্না—তোরৈ তুখুন ইম্না, কোনয়া—পাৎপান; কোন য়ানবা—য়ান্দুনা থম্বা।

কোন খুলৈম ক্বাথাবী—কোনখাম নিংঙোল।

কোনখৈ—লম। কোনশুম লিক্লম্বা কৌবা লৈখাম মানবা খ্‌াংনৌবা—হৱিনোংনাং।

কোঞ্জং—সনা।

কোঞ্জনবা—তাইশিনবা।

কোন্দে—পোৎচৈ লোইশিনবা, হঙোই পোকপা।

কোন্দেবা—য়ুম চংদবা।

কোনোক—মাইবা।

কোমশৎনবা—হাৎপা, য়ানবা।

কোরি—ধাতু মখল অমা; কোরি নাপোম থোংবু চুনবা—তঙাং তঙাংবা শক; কোরি নাপোম পো—চুবা; কোরি পাথাং—থোংগুম্বা মথৌ শংবগুম্বা।

কোৱৌ—অৱাংবা, মুমিৎ; কোৱৌ অচুথাং—নোং নংবা; কোৱৌ ইনোংথৌ—নোংথক্তা লৈবা লাই; কোৱৌ খকতুমখাক—নোং খাকপা; কোৱৌ খোংবগুম—নোং খোংবগুম, কোৱৌ ঙমলোম্নখিরে—শিখ্রে; কোৱৌ চিংৱাংই—চীং অৱাংবগী ঈশিং, কোৱৌ চিংহৈ কাপ—লেন তাবা, নোংমৈ শিংজং তাবা; কোৱৌ তমথলাং—অতিয়াদগী থাদবা লাং; কোৱৌ মুমিৎ মনা—মুমিৎ

অতুদা, কোরৌ নোঙ্গাবা শিবা; কোরৌ নোংথাং-কোন্দ—অতিয়াদা, কোরৌ নোংদমদনা—নোংমতা লেপ-তনা, কোরৌ নোংফানশা—হঙোই, কোরৌ নোংমাবা—শোরারেন; কোরৌ লুপা; নোংলুপান অঙোবা—কোরৌ নোংশগোন—শগোন, কোরৌ নোংহৌগী—লৈপাক শেমঙেগী, কো-রৌ পিথাসরাবন খুয়ৌ কাও—শগোল; কোরৌ ফম-লোং খোংগুম—নোং থোং বগুম; কোরৌ রক্তারোই নোংশাংলবগী—মুমিৎ কুই-রবগী, কোরৌ লনশাবা—লাই ইরাৎপা, লাইনিংবা; কোরৌ পেনথিরান রাংবন পাইথিরান—অশিবগী মশেন মবাই, মঙাই মশেন; কোরৌ হনগাংনা—নোং কাংবা।

কোল্লাং—উতোং।

কোল্লিংবা—থমলম্বা।

কোল্লোই—মমিং, শঙ্গাই, মপাও; কোল্লোই তৈনা শা শঙ্গাই তৈনাশেম— ব্রুম শাবা; কোল্লোই মতিমেলতা আনে—য়াথংনে;

কোল্লোনবা—থিংজিনবা, কোল্লোন থোইবা—ফাবা।

কোৎচংনবা—য়াম্না ফাবা।

কোংলৌ কারাম্বা—পেন্দবা।

কৌঙাম্বা—কৌবা।

কৌবরোন—মোইরাং থোক-চোম, কৌবরোন পৃতানি কৈথেন থানবী—ঙাংখম নিংঙোল।

কৌবা—হায়বা, অহিং, কৌবা চিংদোইলংগুম—চীং অরাং-বদগী লংথবদা অপনবা লৈ-তবগুম; কৌবা শোইরম শোইদা—নোং ঙাল্লম ঙান-ফাওনা।

কৌরোং—মখোং ; কৌরোং ভুনা—কাচি পাইহ্না ;

ক্রিখোই—করিগুম্বা খোইগংপা; ক্রিখোই চিনয়া—মচিন থিবা।

# খ

খংলৈ লম থাতম—চপ মান্না চংবা।

খকথবা—নৈথেকপা।

খকমদা—অতৎ অখম নাইদবা।

খজিক—খজিক্তা ; খজিকনবা —খত্রাংনবা ; খজিকনা—চপমান্নবা, খৎনবা ; খজিকপা —খনবা, নিংবা।

খন্নদা—থেংনবা।

খনবনবা—কল্লকপা, মিহৌবা।

খপ্তবা—লেংদবা।

খমগোন—মুংশিৎ, নোংলৈ ; খমগোন মরাং হৌবা—নোংলৈ মুংশিৎ তৌবা।

খমঙাকপা—ঙাকপা, শেনবা।

খমথেংনবা—লান লোক্লবা।

খমদৌ লেপ্তম চোং—লেপমুক বাংনা চোংবা।

খমন্নুং—ফমুং, শিবা ; খমন্নুং ওন্দে পাওহনবা—শিবদা পাওচংপা। খমন্নুং কানে খোনবু খঙদবী—শিরগা ভুম তৌই খঙদবী ; খমন্নুং শরা তানবা—শিবা, খমন্নুং য়াই-থোংশিংগুবা—চিত্রকুপ্ত।

খমুক্লবা - চংহননিংদবা।

খমশাং—অরিবা, খমলাং পাবারি—থাঙ্গিনগী বারী ; খমলাং, পাবারী অরুবা—ইপানা হায়রম্বা অরুবা।

খম্নৈ—হল্লকপা, ফমুং, যমগী লৈবাক, খম্নৈ ইরেং চেংবা

— হন্না য়েংবদা কনা লৈতবা, মীচং লৈতবা ; থমলৈ ওন্দে হলব্বাইবা—শিরুবা হন্নকপ-গী রা ; থমলৈ ওল্লে হলব্বাইশিবু—থমমুংগী ইশৈ ।

থমলৌ—নৌ, থমলৌ ইয়েং-চেং লাইরবা, থমলৌ ভারেন চিঙ্গোং—নৌদা ভা-রেন মচিন মানবা, থম-লৌ য়াইশিরোন—ফক্রা য়োমছুনা পুবা ।

থমশুরোন-- শল্লাম নিংঙোন ।

থরংচা—ভাথা ।

থরাই—পয়ানা লম্না শাবা পোৎ অমা, থরাই কেলবা —থরাই শাত্নুনা থুমতি শোকপা, থরাই চাংদোন —কোম্মোং; থরাই থোঙ্গান —কোম্মোং ; থরাই লাই-কম্নবা - অনাবা তোৎনবা ।

থরুং—লৈপাক্না শাবা অচৌবা চক্ফু জাৎ অমা, থরুং লা-থংলোন—থরুং পাবোৎ পুবা ।

থরোনবা—ওকলাবা অচৌবা ময়া পাল্লবা ।

থলথৈ—অকৈবা, কৈন্তুনা লৈবা ।

থলমুক—থনজিনবা, উহন্দবা ।

থল্লদা—থন্দবা ।

থলরোং লোই—থল ওন্দুনা লোবা ।

থয়োইরোন—থুমন নিংঙোল ।

থাইজেং—ময়াম ; থাইজেং লেংনতিন—ময়াম তিনবা ।

থাইথ ই—থাইথরকপা ধারা ।

থাইচুম থাই—থাইদুনা ।

থাইবক লৌ— থাইদোকপা ।

থাই মথাই থাবম চন্নু—পাংথাই-জম নিংঙোল ।

থাং—থাং ; থাংদা থোংনা—থ্াংদা কিবা ।

থাংথা—থামেল ।

থাংৱৈতং—লমথাংদা মাওবা।

থাংজেং—খুন, লোইশং ; থাংজেং পোংবৈবা—লোইশংদা মীয়াম তিনবা, মরাম তিনবা।

থাংতপ—ময়াই।

থাংবা—ভাইবা, থাংনা থাংনা—ভাইনা ভাইনা ; থাংলম্বা—লৈরম্বা।

থাংলা—উ জাৎ অমা, থাংলা পোম্থিং য়ৈবা—থাংলা থাদ্রুনা পোন্দা হাপ্পা, থাংলা য়োক্লমবাই—থাংলা হোৌবা।

থাঙলেনবা-শিবা, শিরম্নবা থম্বা, শুমাংদা লৈবা, থাংলেনফম—শুমাংদা অশিবা থমফম।

থাক্তনা—চিথদনা।

থাকপ—লাও খোংবা, থাকপ তেন মৈরাইবা— নোংমৈ শিংজং পাইহনা, থাকপ তেন মৈশমগুম্বা—সরারেনগী নোংমৈ শিংজংগুম্বা,

থাকপা নোংশিংজং—নোংমৈ শিংজং, থাকপ মমাল লৌনামৈ—বজ্র তাবগী মৈ।

থাগথা—মমুং চলবা, মথা থাবা, লৈবাক্তা থম্বা।

থাজংনবা—হায়জবা, খুরুম্বা, থাজং য়োইনা হৈরবা—হায়জ চংচ হৈরবা।

থাথা—থাদা থাবা; থাথা ওইবা—খুদেকপা।

থানবা—লেম্নবা, পিবা ; থান লৌবা—পিরম্বা।

থানিং লোনবা—মথাগী মীবু থোৌদাবা।

থানৌ—শম, খুজিন, হকচাং, থানৌ লুহনবা—ইরুজবা, খুজিনককপা।

থাফাংনবা—অনি ফাংনবা।

থাবা—উল, থাব শল্লাই ; থাবরোন—থাব শল্লাইগী নিংভোল, খুরাইজম নিংভোল।

থাবান—মপাম্মোং।

থাবী—মাইবী ; থাবী থিম্নাথো অমাই ননাওয়োক—মাইব অকবা, থাবী লেংনাও মোম্বী—মাইবী ময়াম।

থাবৈ—ওৎননবা ; থাবৈ থরা শাবা—অমদা অমা হায়বা অমদা অমা হায়বা, ওৎ-থাইবা।

থাম্বা—থিংবা ; থামডাম্বা—থাম্বা।

থাম্বী—মৈ।

থারা—থোঙ্গ্রা ; থারা খুয়োন থনবা—থারাদা ওম্বা ; থারা থুমমুং ওইবা—পাথ্রা ওইবা ; থারা পনশাং হেনবী—থারা কুম্বদা ফজবী।

থারী—অয়াকপা ; থারী লৈ-খোং যুথিংবা লাফাল্লো—য়ু অয়াকপা থকলো।

থাল্লে—লৌকম, খোংবান, থাল্লে লৌকোইনবা—লবুক্তা ফিরান যুংবা।

থাশি—মথাদা লৈবা মীদা চৎপা শমচৎ।

থায়াৎ—মথয়াৎ ; থায়াৎশুং—মথয়াৎ মশুং।

থায়ি—লৈরাই।

থিকপা—চাইবা, য়ামদবা ; থিকমরম্না থিকপদি—অমুক থিকপদা।

থিকলোই—নাপী মথল অমা ; থিকলোই মানবন থক্তা—থিকলোই মত্তোন্দ।

থিজিক্তা—থজিক্তা, থরদা।

থিনবা—য়ুংবা।

খুঙ্গোইনবা—ইকাইবা পীবা।

থুগা য়াংশমজেৎ—শমজেৎ।

খুজিন—হকচাং কায়াত্তা য়াওবা অকনবা অমা ; খুজিন মিৎ-থাং পাম্বা—খুজিন চাওবা।

খুজেং হংজি—খুজেং।

খুজুম—মখোই।

খুংখোং—খুং কম্নবা শিবা খুজি, ভাননচিংবা ; খুংখোং খোংবা

—খুজি, তাননচিংবা শিবা।
খুত্তা থুম—খুৎনা পাইবা।
খুত্তা শু—খুৎনা পাইবা।
খুৎ থুম্নবা—পেম্না চাবা।
খুৎনা ইম্ছেংনা—খুৎনা ইনথোকপা
খুৎপাই—খুৎনা পাইবা ; খুৎপাই শাফবা—পাইবদ খুদোংচাবা।
খুৎপূন—মখুৎ পুনবা।
খুৎলেম—খুৎনা ইনবা মরিল, খুৎলম ইম্না—মরিল ইম্না।
খুৎলং—অমগা অমগা তেংবাংনবা ; খুৎলং লোই—খুৎলংগী মী।
খুৎ রাইথোং—খুৎনা হেকপা
খুৎশিন্নবা—শিন্নবা, তাকপা।
খুৎ শুনবা—খুৎনা পাইবা।
খুদাং—খুজেং ; খুদাং য়াইজৌ খুবা—খুজি শিবা।
খুদুম চলবা—শুম্বা।
খুদোন—খোঙ মত্তোন ; খুদোন নাহৈদবা—খোঙ চোত্তবা।
খুনখাম চন্নু—উরিৎখিনবম নিংভোল।
খুনখিনবা—খুনথোকপা, খুলেপ্পা।
খুনথৈ পুং—খুন তাবা মফম।
খুনগারোই—খুন কামিন্নরকপা।
খুনগুম্বা—খুনথিরকপা।
খুনগুমলকপা—লাকপা।
খুনগোইবা—কোয়বা।
খুনচেৎ—খুন মচেৎ ; খুনচেৎ নাইবা—খুন পুকচেল নাম্নদবা, খুনচেৎ হাংদবা—খুন চিথদবা।
খুন্দারম—খুন তাবা লম।
খুন্দাইযূ—রাইযু।
খুন্না পাম—খুন্না লুংশিবা।
খুনফাওরকপা—খুনথোলকপা।
খুনবী—খুনগী মপী ওইবা, খুন তাবা হানবা ; খুনবী কাপ্পিংচা—কাকথৈ মপী ; খুনবী

পোংমহন—খুন হান্না তাবা; খুনগী অহন, খুম্ভোক অহান-বা; খুনবী পোৎলুম হোংলগা —কাকফৈনা নাপীদা নম-থরম্বা হোংখ্রগা।

খুনবু—মীশিংথিবা—মী মশিং খণ্ডবা।

খুন মাবা—খুনগী মপু (অহন।

খুনা—পিক্লা; খুনা লাওনা—খু লাওনা, খুনা লোংনা—তুমিন্না নোম্বহুনা।

খুন্নুং- অরিবা, খুন্নুং ঙানবা চম্নু—লৈম্নুংদগী ফাওরকপা নিংঙোল, খুন্নুং ঙানবম পুনিংথৌ চম্নু—লাইনাও তাবী; খুন্নুংচক—দ্বাপর যুগ; খুন্নুং পাওতাকপা—অশি-বদা পাওচেনবা, খুন্নুং পাওতাক শক—খুন্নুংগী ইশৈ শকপা, খুন্নুং পুরম-লেল—থাইনগী রারী, খুন্নুং শৈ—অরিবা ইশৈ; খুন্নুং য়োইজথা অরিবা—খুম্ভোক অহানবা।

খুন্নুচিংশোং লমলৈমা—লমখুন্নু।

খুনেৎনবা—খোঙনা নেৎপা।

খুনৌ—খুন অনৌবা; খুনৌ তোংনা পানবা পুং—মুং-ঙাইনা পানবা লম।

খুকম থিবা—লৈকম ফম্ভবা।

খুবাং—খুৎ; খুবাং চাংজৌ চেপনা লোম্না—খুৎ লোম্নহুনা; খুবাং চাংজৌ তরানা ইন্থ কাইনা লিশিংনা—খুৎ লোম্নহুনা কোক নোম্থবা, খুরুম্বা।

খুবাক—খুৎকী খুবাক, খুবাক তবুংফু—খুবাক খুবা।

খুবোম—খোঙগী খুবোম; খুবোম য়াইখুনবা—খুবোম য়াই শিবা।

খুম—থাও চফু।

খুমন—শল্লাই, খুমন খোম্বী—কোংবম নিংঙোল।

খুমলকপা—কুমলকপা, লমন-শিংবা।

খুমলোং—খুম অরোংবা ; খুম-লোং নাথংলোন—চাওবোং।

খুমু—নৌ, খুমু হুনবা—য়েন্নিং হুনবা।

খুরাই—খোঙগী খুরাই ; খু-রাইকেল—খুরাই নাবা।

খুরালবা—হুরানবা।

খুরুপ—কয়া চৎপা ; খুরুপ মানবল হৌবা—খুরুপ থৌবা ; খুরুপ হৌবা—কয়া চেনবা।

খুরেল—অচিনবা (থাং মখোক-নচিংবা চিনবা), খুরেল য়াইকু—খুরেল থুবা।

খুরোংপী—থবক শুনিংদবী ; খুরোংপীনা শিনামুংদা অতৈ শাই—থবক শুনিংদবী মুপীনা থবক শুইহৈদবা মু-মিত্তা শিন থাউ।

খুল্লানবা—খুল লান্নকপা, চংথোক্লপা ; খুল্লান চৈ—লৈকাই লান্না চৎপদা পাই-বা চৈশু।

খুয়া—খোঙ মথা ; খুয়া য়োই—মথা পোনবা লোই ; খুয়া লাইকোই থোংবা—খুয়ানা নেৎপা ; খুয়া শোদিশুন্না—খুয়াদা শৌ য়ুবা।

খুয়োন—মোইরাংগী য়ুম্নাক অমা ; খুয়োন কোমলোথা—খুয়োনগী লবুক।

খুয়ৌ—খোঙ, খুয়ৌ ঙামজাও হুনবা—খোঙ লাওনা থাংবা।

খেকনা লাওনা—নোক খেঙনা।

খেক মোই—হামৈ (য়ু শুংনবা)।

খেন—মুং।

খেজ্রং—মাঙ্গোল।

খেজো লাংমৈ—লাই হন্নাওবদা শকপা ইশৈ ; খেজো লাং-মৈ শিহৌরাক—খেজো লাংমৈ অহৌবা।

খেন্দৌ মখে লাংবা—লাও খোংবা।

খেবাল—খে।

খেয়াং থাংবা—হয়াওহ্রনা নোকপা।

খেরে—খে, মচিন, ভা মচিন; খেরে কাংখোক থোবা—য়োখোক্তা খে তৈবা, খেরে চিনপাকপী—ঙাম্নু।

খেল্লাই—লাইবক।

খেল্লৈ - মৈ।

খৈনা ভাম্বা—য়েংবদা উজ্রবা।

খৈনা লৈরবা—লেংদনা লৈরবা।

খোই—হয়িং, পুকচেল, পুক্লিং খোইকন—খোই অকনবা (হয়িংখোই), খোইতনা—পুক্লিং লোংদনা; খোই-ঙালাবা—খোই; খোই-থিরম—খোই থিবা লম; খোইনো—পুকচেয়ো; খোইবুওৎ—খোই থিৎপা, খোইহৌয়ৈ—পুক্লা পাম্বা লৈ।

খোইজি—পুক্লিং; খোইজি ইথক হৌবা—পুক্লিং লাংবা, মুংঙাইতবা; খোইজি মুং-জানবা—থবাই শোকনা পুক্লিং মুংশিনবা।

খোইজুনাবা—খোই লোকপা।

খোইজেং—পুক্লিং; খোইজেং মুংজেংবা—মুংঙাইকম লৈ-তবা, পুক্লিং ইরাং লাংবা।

খোইদাবা—পাম্বা য়ানিংবা।

খোইদামল—য়াম্না পাম্বা।

খোইদৌ—মচুং।

খোইনিং—খোই মথল অমা, খোইনিংগী খোইক; খোই-নিং পাইময়োই—ঙাদোক-নদবা মরুপ।

খোইনৌ—ইমাম্বী, ইভা (মুপী মরুপ), খোইনৌ লেং-মাম্বী—মমাম্বী।

খোংকু—খোই; খোইকু চিন্দুম—খোইগুম মচিন তুম্বা।

খোইবুং—মপুক ; খোইবুং মরৌচাও—মরৌ লৈবা ।

খোইমা—পুক্লিং, নাপী, মহৌশা ; খোইমা তোমশত্তবা—মবুক লেংহন্দবা ; খোইমা নাশত্তবা— নাপী লেংহনদবা; খোইমা লাংপক মরোন হুবা হুতমদে—মকু হুবা ভমদে , খোইমা লাংশম তোইবা—নাপী ককপা ।

খোইমোম—লাই ; খোমোম অমঙ্গী—উদবা ভমবা লাই ,

খোইমোম তাংথকখিরবদা—লাইদা তিনখ্রবদা ; খোইমোম লাইকার কমশং কাদা —লাইনা শত্তবা কাদা , খোইমোম য়েকতম খোং হৈবী—লাইয়েকপা হৈবী ।

খোইরা—অছানবা, মরুপ; খোইরা য়াল্লকপা—পোল্লকপা ।

খোইরিক রাতরৈ লিললৈইং—থাও ( তৈনবা ) ।

খোইরেন—খোই , খোইরেন থাং—খোয় লেম্নবা থাং ; খোইরেন মশা পাইবা—খোইনা পাইবগুম মীছুন য়াওদনা চেনবা ।

খোইয়া—লাং, খোই ।

থাইয়্ন খোইহি ।

খোইয়ুম—লাই , খোইযুম কোনখৈ অতাম্বা—অরাপ্পদা লৈবা লাই , খোইয়ুম পাইম চৈরোন্দ —লাইনংদবা মী ; খোইয়ুম পাথংয়োইরেনবা—সরারেল; খোইয়ুম মিৎয়েং তাংজুম্বনা কুম্লনো—অসোই অতাম য়েংলিবা লাইনা চানগুনো ।

খোং—পুং (য়ৈনবা) , খোংউপ লুচল ভাম্বা—খোঙ নোইবা ; খোংওইনা — তোংত্লনা, মখোং ওইনা ।

খোংকাপ—খোঙনা অমুক কানবা , খোংকাপ নাওরৈ থাংবা—খোঙনা চৎপা ।

খোংখুমফি—খোং কুপ্পবা ফি।

খোংখৈনবী—ফি শেৎপদা খোঙ ময়াদা তাবা।

খোঙ্গল—খোঙ ; খোঙ্গল লৌতাকহোং—খোঙনা লাকপা।

খোঙ্গাও—খোঙনা কাওবা, খোঙ্গাও থোইবা—খোঙ্গাও কনবা, মৈচাক কনবা ; খোঙ্গাও থৌদাংমন—অকনবগী চৈথেং, খোঙ্গাও মনিন খোন—লানগী চৈথেং।

খোঙ্গান—কাম্বোকপা।

খোঙ্গুল—খোঙনা চৎপগী মফম; খোঙ্গুল লিবা—চৎখিবা, মরম লিবা।

খোংজি, খোংজিতোন—য়ারী, খোংজি নারেংছুৎ—উদা নারেং ছুৎপা।

খোংথোংচিং—খোঙনা নেৎলম্বা চীং।

খোঙদোন—খোঙ মতোন, খোংদোন শাংনা—মতোন লোম্বা।

খোংদ্রাও—খোংগনবও।

খোনিংগীদি—খোং অদুদি।

খোংনেম—কুমনা।

খোংফাং—ময়াম ; খোংফাং অতোনবা—পোইরৈতোন ; খোংফাং লাকলৌশিন—ময়াম্মা শিন্দুনা।

খোঙফেম্নবা—লান শোক্লবা, খোংফেন থৌবা—লান কম্না শোক্লবা।

খোংফৈ—লম অমগী মমিং, শোই চাবদা উ ফৈবা।

খোংবাল য়াংশনম—শনম্বা।

খোংবুরোন লোনয়াম্বা—য়াম্না চথোকপা, মখোঙ য়াম্বা।

খোংমরক্তা—খোংবদা।

খোংমদোন অতোনবা—মচিন মনাওদগী অতোনবা।

খোংলৈমা—লাইরেঙ্গম, খোংলৈম চম্নু—লাইরেঙ্গম নিংথোল।

খোংলোই—চৎমিন্নবা মী (মখা

হন্নবা), খোংলোই হৌবা—চৎপা হৌবা খোং খোংপা হৌবা।

খোংরাই—খোংকম।

খোংশানবা—চৎপা।

খোংশুবী—খোঙ তপ্পা থাংবী।

খোংশোম্বা—মখোঙদা হাপ্পা।

খোকথু য়াইথুবা—মখোক চনবা, মখোক হাপ্পা।

খোকথৈ—খোক (রা) মখোক।

খোকথবা—হোইথরকপা।

খোকখোইরকপা— মকোক ওইরকপা।

খোকনিংবা—মখোক ইনথৎলকপা।

খোকলাং—মখোক; খোকলাং তুংখোম্না—মখোক তুংলোম থংবা।

খোকলোই—ময়াম, মখোক পুন্নমক, পাম্বী; খেকলোই তু—য়াহুবা (মপান য়ানবা); খোকলোই হৌনা—মী ময়াম হৌদুনা।

খান্দানবা—খোঙেন মানবা।

খোম থক্তবা—খোম খাইত্রিবা।

খোমথৎপা—তকথৎপা।

খোমনিংডেং—খৌরাংবা।

খোমুং হাংবী—মখোম পান্দবী।

খোমলাং—খোম।

খোমলেন—তুম্বা, মংমংবা।

খোমশি—শমজেং; খোমশিলোনবা—শমজেং লোনশিনবা, য়ায়া লোনশিন্নবা।

খোমহানবা—চেংজেন লাংবা।

খোময়ৈথায়—খোম তুম্বা থুগাইবা।

খোলনা—ঙাকুনা।

খোইবা—লোংখৎনা য়েংবদা ঙকশম নাবা।

খৌথাংনা—ঙক্কা শিবা।

খৌথাংবা—মখৌ তাংবা; খৌথাংলম—মকোক থাকভুনা য়েংবা লম।

খৌনাও—ঙক; খৌনাও লোনথোং লোনবা—মঙক ককপা।

খোশাবা—লান তাবা। | খ্না—দৌ।

# ঙ

ঙাঙ্গোই—ঙক্কা কোইবা ; ঙাঙ্গোইনবা—ঙক্কা শিবা।

ঙংলিবা—ঙক্কা শিবা।

ঙককোই—ঙক্কা কোইবা, ঙককোই হুকপা—ঙক্কা হুকচিনবা।

ঙমখৈ—শিমনা, ঙমখৈ পান্দম—মতিক মগুন।

ঙমজো পৈ—য়াম্না পৈবা।

ঙমথংনবা—থংনবা।

ঙমদম্বা—খোরাংবা।

ঙম পনবা—লৈহৌবা, ফাহৌবা।

ঙম্বনবা—থিংবা, চংহন্দবা।

ঙমলোন্নবা—থ্ংনবা।

ঙাইথম্বা—ঙাইবা।

ঙাইথম বিথিও—ঙাইহাক ঙাইবিখো।

ঙাইখোং—লং, ঙাইখোং ঙব্বী—ঙাংবম নিংঙোন; ঙাইখোংলং লুক—শিলুক।

ঙাইতে—লৌশং।

ঙাইনোক—নোকপা, ঙাইনোক্লবা—নোক্লবা।

ঙাইবা—লাকপা, ঙাইরথিও—ঙাইখো।

ঙাইরন্নবা—পাইবা।

ঙাইরোইনবা—লোইনরকপা।

ঙাইরোইনাই—মরুপ।

ঙাইরোং—শিং ; ঙাইরোং শিংলৈ লৌচা লৌঙমদবা—শিংলৈ লৌবা ঙমদবা।

ঙাওহুম ঙাও—ঙাওহুনা!

ঙাংখা—চফু ; ঙাংখা লমলোকচৈ—খাবৈ, ঙাংখা লমলোংশি—চেংফু।

ঙাংঙোই—মোইরাং।

ঙাংজা—অঙাং ; ঙাংজুনবা —ঙাংলৈনবা।

ঙাংজেং—চরিক, থুল অমগী মমিং।

ঙাংলৌ—অঙাংবা।

ঙাকপা—থিংবা , ঙাকঙমদে — থিংবা ঙমদে , ঙাঙোই নহা—পাখং ; ঙাঙোই শাবন লৌবা—পাখং অকনবা।

ঙাচেন্নবা—ঙা ফাবা।

ঙাচোপ থেম্বা—ঙা ফাননবা চোপ থৌবা।

ঙাজাবা—ঙা ফাবা ; ঙাতাকোন—ঙা ফাক্ষম ; ঙাতাঙাম্বা—ঙা থিবা , ঙাতাম্বা —ঙা ফাদবা।

ঙাতোই—ঙাথা।

ঙাথৌ—ঙা থৌবা , ঙাথৌ তানবা—ঙা ফাবা।

ঙান্দুম ঙাল—ইঙাল ঙালনা।

ঙান্নবা—লেম্নবা।

ঙানপ—ঙা মথল অমা, ঙানপ চাজলবাই—ঙানপ কাবা লম।

ঙানক্ষম—থবাক।

ঙানিগীদি—ঙা অচৌবা।

ঙাম্নরোন—ঙানবা শলাইগী নিংঙোল ; ঙাম্নরোন থোঙাইব চম্নু—থোঙাম নিংঙোল ঙাম্নরোন নিংথৌয়েন্দং চম্নু —তেকচম নিংঙোল ; ঙাম্নরোন য়াইবীরৈমা—খাইদেম নিংঙোল।

ঙাপৈরোকপী—ঙা পুরকপী।

ঙাবা পৌদোং য়ান—মীতম ঙা পুবা।

ঙামজৌ হুম্না—লাওনা কানবা।

ঙারা—ঙা জাৎ অমা ; ঙারা থাং থোংনা—ঙারা থাংনা য়াম্নবা।

ঙারৌ—ঙা অরৌবা।

ঙাহা তানবা—ঙা থিবা ,

ঙৈথংফেনবা—হুনবা।

ঙৌজা—হৱাই।

ঙৌদ্বম ঙৌনা—ঙৌরোক ঙৌনা। | ঙৌয়েক্লবা—ঙৌরুনবা।

# চ

চংনা—হিংনা ; চংনা খোম্বা—হিংনা ফাবা।

চংনিং হেনবা পানবনা পানবা—স্না লুপা অরু অহেন শেংপা।

চংবি কৈ।

চংমোন য়ানা হাপ্পবা—মৈ হাম্না ওকপা।

চংলৈঙোই—লৈঙোই।

চংশিলকোন - চংক্রম।

চকমোম—মৈ, চামিন্নবা ; চকমোম তেনখাং লোনবী—মৈ ঈশিং থিংলবী, গর্ভ লৈরবী ; চকমোম বারৈ চেনবীনা—মৈগীদমক বাথোকপীনা।

চকলৈ—অথাকপা ; চকলৈকাও—অথাকপা কাও, অকনবা কাও।

চঙৌ—চাক অঙৌবা।

চৎনা তানা—চৎপদা।

চৎনা ঙাইনা—চৎনা চৎনা ঙাইবা।

চৎলম—লম্বী, চৎলম ফান শাংথুম—লম্বী থিংবা, চৎলম ফান শাংহেনবী—লম্বী চৎপদা ফজবী।

চৎরা হাইবা—লৈরক ঙাকপা।

চদু—নিংঙোল।

চনৌ—চেং হুঈয়া মানবা, মচং অক্নবা।

চক্রম—পুক থাও।

চমপা—ঙাচিং অকংবা, চমপা ঙাভোইরোক—চম্প্রা থাবা মকম।

চমু—চাক অমুবা।

চরৈ—ফি, চরৈথেম—ফৌবী হাইবা ; চরৈ ফিজি হোংল-

তোন—ফি অহনবা হোংবা, চরৈ ফিশক খং—ফি মশক খঙনা লৌবা, চরৈ মঙান নাইনবা—ফি অফবা (অকাবা); চরৈ মাইখন তৈ—মাইখন খনবা; চরৈ মাইখন মুংদগী ফিখঞ্জিনবা মফমদগী, চরৈ লকা পানবা —ফি অঙৌবা; চরৈ লুখুম চাওনা—ফিরুক খুমহুনা; চরৈ লেংদোন য়ানবা—ফি ইনবা; চরৈ শেওম লৌবা —ফি শেংপা; চরৈ য়াকু-মুংদা—ফি মমুংদা।

চলবা—থম্বা।

চহুই—পুক; চহুই কাংবা—পুক শিংপা, চহুই তংপা —মপুক লাম্বা।

চযোম্বা—চাক য়োম্বা।

চাইচোং—চোংপা; চাইচোং ইকৌ লৈতবা—অচোং অকং লৈতবা।

চাইজি—নোংথক্তগী তারকপা ঈশিং; চাইজোংনবা—চোংপা।

চাইনবা—লান তৌবা (মী ২ তা পাইহুনা হুম্বা), চাইনা খোংফেন হৌবা—চৈহুনা লান হৌবা।

চাইবী—চাইথোকপী।

চাওখোং—নাপী জাৎ অমা, চাওখোং খোকলোইফববু —চাওবা মপুং ফারববু।

চাওগোই—ইংখোন।

চাওরা—মপান, পাম্বী।

চাংজিরাই—চাং তমহুনা পীবা।

চাংজৌ—লৈরাই, চাংজৌ চেপ্পা লোম্না—হায়জবা ডম-থৈ লৈতনা, চাংজৌ লৈখা কেল্লবা—ময়া তেক্লবা।

চাংথংদনা—চাক চাদহুনা।

চাংদোন—লৈরাই; চাংদোন খনবা—মতোন্দ ঙাকপা।

চাংলোই চংপা—পাও চংপা

(খুল লৈকাইগী শেনখাই থুমখাই কৌচেং খাইবা চৎপা)।

চাকই শুম্বা—চাক অহাওবা।

চাক ওই থুমওইদবা—থবক ফত্তবা।

চাককুবী—চাক পীব ভম্বী।

চাক্তাবা—মচিঞ্জাক থিবা।

চাকফি থম্বা—ফি শেত্তবা।

চাকলিক—লিক।

চাকলৌলকা—পলাংখোক (শেঙ্গম)।

চাকরাইবা—( চাক রানবা ) পোৎশিৎপা মতম, চাকরাই থৌগুম্বা—থৌনা ফবা থবক য়াংবা; চাকরাইনবা—চাবা।

চাকশামন—চাক ঈশিং চাবগী মমল।

চাকশোইদবা—চাক চাদবা।

চাকশোইবা—চাক চাবা।

চাকারাম্বা—চানিংগনবা।

চাথা—অরিবা; চাথা তাংখুন ভম্বী—মংশদম নিংঙোল।

চাঙাং—চা অঙাংবা; চাঙাং তৈনা—ইশুম ঙাংনা, চাঙাং তৈত্নুনা।

চাজুমহাং—উপু হাংবা।

চাদংদা—চাক চাদবা।

চানা—নাপী, থাঙ্গেশেংনা; চানা ইমিরম—নাপী ঈশিংদা চৌবা; চানা ইরুফাৎনা—মকোক খাইত্নুনা।

চানাম্বরৌ—নিংথিনা চারম্বা লৌকম।

চাপুরোই—চাক পুবা।

চাবিহাং—নোং তাদবা।

চাবুক—মবুক; চাবুকম্মুং—মবুক মম্মুং, চাবুক হকমিল্লবা—চাক চামিল্লবা।

চাবোক কাদংশাং—ইচা পোকনত্নুনা।

চাম্বা—পিকপা, চল্লা।

চামলৌ—লাং, চামলৌ থৌরিবা—থাওদেম; চামলৌ

লাকমফা—লা থাবা।

চামাংদা—চাক মাংনা চাদবা।

চামি—অচৌবা, চামিপুং—মচা পোকপা মফম।

চামৈরাংনা—চাক চারক্তনা।

চারলতা—মশা নানবী।

চারা—পৌরোন; চারা নোংদম—চারা তম্বা, চারা মথোং হাংবা—পৌরোন শংপা।

চারাই—ফকলোং।

চারিকুই—চহি য়াম্বা।

চারিখম—শেংপা।

চারোনবা—চা চনবা।

চারানবা—ফৌ রানবা।

চাশাইবা—চাক চাবা।

চাম্ব তানবা—পুবা।

চায়াই—চা তৈবা; চায়াই খোংনাও নারৌবী—চা চনবা তা; চায়োই নোংয়ৌনবা—চাক চারম্বা।

চায়ারুক—চাক হাপ্পা থুমুক।

চিংখ্রং—খুমুখ্রং।

চিঙু—লাই, চিংঙু ইতম চাওবী হংবদা অরাংপা লেতবী; চিঙু ওংজা চীংমাবা—মারজিং (লাই); চিংঙু তাইবং থাইবা—সনামহি, চিংঙু নতম থন—মপা লাক্তনা, পান্দম লৌদ্রনা, চিংঙু নোংদমখোন শারা তুরৈ নোংগীবু—লাইবক্তা তম্বগী; চিংঙু পন্দলখিবা—লাইগী খুয়া তানবা, চিংঙু পন্দলফরোইএ—লাইগী মফম য়োঁফরোই; চিংঙু পন্দল্লকও—লাই এবু থিরকএ; চিংঙু পন্দল্লক্তনা—লাইগী রা লৌদনা; চিংঙু মরারোন—লাইনা হায়বা রা; চিংঙু য়াই কোম্বং—ফুঙ্গা লাইরু।

চিংঙুরেন শাইদাংবা—উরেং কোম্থৌ।

চিংজা—শাম্নবা; চিংজনখিএ

—শাম্নখিএ ; চিংজা লোই-
রানচো মাংনরাই— শাম্নবদা
লোয়া হাংখিবা।

চিংথং খোমোল—পাম্বী জাং
অমা ; চিংথং খোমোল
অওল্লা হুয়াই লিকলু
অথেংলা—মোইরাং থোইবী।

চিংদ্রোইবিচা—ভাচিং।

চিকনা—ইংনা।

চিগালুক্না—মরু লুক্না।

চিদাই—মতাই ; চিদাই খোম্বা
—নাকল অমগী ওম্বা, পুবা,
চিদাই নাইবা—মীচং মীথাই
নাইবা , চিদাই নাইদবা—
মীচং মীথাই নাইদবা।

চিনগোই—ম'চল ; চিনগোই
ইরাকমনা-- ইচিম্না বা হায়-
জবা , চিনগোই চম্না—
মচিন ফংনা ; চিনগোই চন-
বিও—নচিন অহুনা তুহৎ-
তুনা , চিনগোই পাওরম্নবা
—চিম্না ভাংবা , চিনগোই
রানজং শোরা তাদবা—
মচিন্দা পোৎ অমত্তা তাদবা;
চিনগোই শোরা ওম্না—
ফাহনা চাবা।

চিনফি খানি কনবী—ফি শেৎ-
লবী।

চিনফুবা— চিন তেংবা।

চিনফুরোন—চিংতাখম, শরাং-
লৈশাংথেম, হাওরোকচম,
কোম্থোক্তম নিংতোল।

চিনবান—চিন ; চিনবান কাং-
মৈ থুবা—হিদাক থকপা ;
চিনবান হৈ— চিন্দম হৈ।

চিনলেনবী—চিনথিবী।

চিনহাবা—চিনথিবা।

চি নাইনা—মচি পানবা।

চিব--উচি।

চিবুং—মতোন তুমথৎপা ; চিবুং
শানা—নতোন তুমথৎনা
রাংনা পৈবা।

চিরি—শমুন।

চিরেন—মচি অথোইবা ;

চিরেন তোমপোকপা—মচি অমত্তা হৌবা।

চিরোং—মচি অরোংবা; চিরোং হানাইবা—মচি পানবা।

চিরোন—তুমিন্না ভাংনবা; চিরোন চনবা—ভাকপা, লোয়া ভাংনবা।

চিরৌ ফাবা—পোক্লকপা।

চিলওক্লবা—য়া ভাংনবা, মমাই ওনশিন্নবা।

চিল ওনবা—য়াথং হোংবা; চিল ওনবী—চিক্সিবী, য়াথং হোংবী।

চিল্লম—ময়াই কাবা, নাপল তৌবা।

চিল্লেন—মচিন; চিল্লেন মাই-কোইরেন—মচিন শেন্বা; চিল্লেন মাইকোইরৈ—মচিন-দা পরৈ লৈবা।

চিলহাবা—মিনম্বা (চিনথিবা)।

চিশাবা—পৈথংপা।

চিয়েনবা—য়াইনবা; চিয়ে-খোন—য়াইনবা মখোন।

চীংখোং—অচৌবা নত্রগা অরাং-বা মকম; চীংখোং পুথি-তাম্বা—চিংখোং অরাম্বদা লৈবা; চীংখোং পুয়োকপা—নিংথৌবু শংবা; চীংখোং পুয়োকলোই—নিংথৌগী অয়োকপা মনাই, চীংখোং লোনবা—লাইরিক পাবা, চীংখোং লোয়া য়াথং শোল্লে—লাইরিক পাগ্লা শোল্লে।

চীংখোং শরাগুম—চীংখিনবগুম লেংদবা।

চীংগুমকা—চীং অগুম্বা কাবা।

চীংথং শল্লাই মানবা—চীংগী মরাইবক মানবা।

চীংদোই লংগুম—অপনবা লৈতনা।

চীংনিংগীদি—চী অত্রুদি।

চীংহুং—চীং মহুং; চীংহুং লা-থমপোক—মহুংগী হুংজেং, চীংহুংশি—চীং হুংশিবা।

চীংবন খোমোল অঙলা—চিং-থং খোমোল।

চীংবু নোংবু শাংনা—হুমিৎ মতম কুইনা।

চীংবুরোই—চীং খুদিং।

চীং মঙন—চীং অরাংবা।

চীং মাইখু—চীং মমাই চপ্পা।

চীংমাবা—চীংগী মপু।

চীংলাই—চীং লাইবক (জীব অমগী মমিং)।

চীংলুখুম—চীং অরাংবা, চীং মথক।

চীংলেন—চীং; চীংলেন নোংলাওথি—নোং য়াম্না খোংবা।

চীংলৈশং—চীংদা হৌবা লৈশং।

চীংলোন—চীং পুম্নমক্।

চীংরাং—চীং অরাংবা, চীংরাং ই—নোংগী ঈশিং; চীংরাং নোংমাবা—চীং অরাংবদা লৈবা।

চীংশাং—চীং পরেং, চীংশাং খোইরেন হিগুম্বা-নপাও নিংথিবা।

চীংশোং কাবী—চীংদা লৈবা উচেক।

চীংশোং লমলৈম্না—চীং খুম্ন (লম খুম্ন)।

চীংয়াই—চীং ময়াই; চীংয়াই খাইবা—চীং ময়াই য়েবা।

চী য়াংথন—চীং থম্না হৌবা।

চুংশেল—মথোনা, থাং তা; চুংশেল কোন—লাল তাকম।

চুনবা—চানবা, ফজবা মান্নবা (চুশিনবা)।

চুপাচি চীং—চুপ ওইবা চীং।

চুপ্প থোইবা—মথোই কাবা।

চুবা—মাই নাকল; চুবা শাইজুম থন—চুবা অনিমক হুমাংনা থনবা।

চম্মুন—খদাং।

চুমলৈ—চুমত্রৈ; চুমলৈ মঙ্গলক—চুমত্রৈগুম্না মপোপ ফবা।

চুরুংবা—মশাদা হন্নিনবা।

চুবাইরাং—থমথিবা।

চেঙ্গাপাক চেঙ্গাতং—হৱোই ( মোইরাংনা হায়নবা )।

চেঙ্গাম্লাংনা—থুনা।

চেঙ্গোই—মিং।

চেংজা—চেং, গ্রুং, চেংজা কোনখিনবা—চেক্কৈ খিনবা, চেংজা ভাইফান হিকপা—চেংহি লুবা, চেংজা নোংখিল্লো—চেং হাপ্পবা (চেংফু), চেংজা মাইঙৌ তানবা—চেং চোইবা, চেংজা মাংইম্ন লোইমোম তুংইম্না—চেং খৈবা, চেংজা লাম্লংনা—থংনবা হৌবা; চেংজ লেপ্লখিল—মুং যুংবা।

চেংবী—লৈঙোই।

চেংবুম—চেং মপুম; চেংবুম মনাওতোন—চগেম।

চেংবোল—থুমুক মখল অমা, চেংবোল লৌয়াম্বা—চেংজেং পুবা

চেংলুক—মেরুক, চেংলুক ওমগাইম্ন—থুমুক্তা চেং পুবা, চেরুক মুংশাং পুবা।

চেংলৈ—চেংলৈ শল্লাই, চেংলৈ ঈনা হনবা—চেংলৈগী অহুম।

চেংলৌ—মশক, মিং; চেংলৌ মঙম শোয়রা—মমিং তাংবা, চেংলৌ শক্লাইদবা—য়েংবদা অসিনি খঙদবা; চেংলৌ হক্লা থুবা—অঙাং য়াম্না ওইরিবা।

চংহৈ থিবা—চেং হৈদোকপা।

চং হোংবা—চেং কত্তনা পুজা তৌবা।

চেকওন্থোক—মখোল ওনবা উচেক জাৎ অমা।

চেকমিংনাবা—উচেকা মমিং মান্নবা।

চেকলা—উচেক।

চেম্নবা—হেকপা, লৌরুবা; চেম্নৈঙে—হেকৈঙে, চেম্নরকপা—লোইনরকপা, পুরকপা।

চেপ্পা তাপ্পা ললশিংবা—চপ চানা শিংবা।

চেনরাইনা—লাক্লুনা পুবা, পুরকপা।

চেপ্পা—হিপ্পা, পৈবা শোয়বা, চেপ্পা থেৎনা—নাকন্দা য়েপ্পা, চেপ্পা হৈবা—হৈ-দোকপা

চেপলৈ কাংলৈ—চেন চোংবা।

চেপলৈ মাপ্লে গুাবী—শেম শা-জুনা তাইশিনবা।

চেপলোইনবা—মচৎ চুমদবা.

চেপলোন নমভানবা—চেপ্পা লোপ্পা।

চেলবা—হায়বা, পুবা।

চেলরাইনা—অচেনবা কাবা।

চৈগন—চৈ অকনবা, চৈগ থেকপা—অকনবা, নাপল থুদেকপা।

চৈ থাবা—ফুবা, চৈ অমম থাবা।

চৈবিবা—য়ৈবা, লেংবা।

চৈরৎপা—তোকপা, থেংনবা, লেপ্পা।

চৈরোইনবা—লোইনবা।

চৈশোনবা—চৈশু শুবা, চৈনা শুবা।

চৈছুনবা—ছুনবা।

চৈ হৌবা—মকোক হৌবা।

চোইনৌ—সনা; চোইনৌ সনা কোনগারম—মুমিৎ থোক-লকপা মাইকৈ।

চোংগাবী— খোংজাংমুবী (মোইরাংনা ছায়নবা)।

চোংদাই—চোবা, চোংদোন লেংগুম্বা চোংগুম্বা।

চোংবা—হৌবা।

চোংবিচা—ওাহৌ।

চোনজোন—চোমবা।



জংগী—নাংমৈ।

# ত

তংকন—লা।

তংখাইলৌ—খাইদোকপা।

তংখু—লৈখৌরা; তংখু য়ৈবা —পোপ পোপ য়ৈবা।

তংগংয়ৈ—কোক লাওবা।

তংহু—তপ তাবা, অরেপ্পা, থাঙৈশেংবা।

তংবা—চাবা; তংমিন্নবা—চামিন্নবা।

তকলৌ—তক লাওবা; তকলৌ শিদংশেনে—তকশি শোনবা।

তগুপ—ডালবা; তগুপ তয়াংনা—ইরং লংনা; তগুপ হৌবা—ডাল্লকপা।

তংনা য়ালনা—বা।

তনবা—লৈবা, নিপা, যণ লাবা, তনওমলোই - লৈবা ওমলোই।

তনমু—নৌ; তনমু য়াংতেকপা—ঈশিং হাপ্পা।

তপতাই—মোল।

তবুং—লোক, খুবাক।

তবোপ—খুবোম, চাওবা।

তম—তম্বাক; তম্বু থনবা—তম্বাক্কা লৈবা পুম্নমক; তম লমএ—কৌরমএ, তমলমএ, তমলোন—তম পুম্নমক (তম্বাক); তমলৌকেন—তম্বাকী লৌ লোইনমক।

তম্ফা—নিংথৌগী মচানুপী, সুং মথল অমা।

তম্বুবিচা—ইরোই।

তমলেল ইয়াচাও—ঈশিং অপাকপা।

তময়া—চীংদগী হাইথরকপা মফম; তময়া ইছুশেলে লৌ—তম্বাক্কা তাবা লৌ; তময়া থেন্দো মণ্ডাও হৌ—চীংদগী হায়থরকপা তময়াগী মুংশিংনা কপ্পা শিংপা।

তরং—ঈশিং।

তরা—চাক, মশিং তরা ; তরা অচাক তম্বা—চাক চানিংভাই লৈতবা ; তরা চাকমাংগুনো—চাক অমাংবা চাগয় ; তরা চাদংদা—চাক চাদনা , তরা ভোংমু মখি চাক হাওতবা ; তরা লুকখোং হামিয়বা—চাক চামিয়বা ; তরা লুকমাই লুকমাইরেম—চাক হাপ্পা।

তরেং—শেল, মশিং তরেং ; তরেং কোনফু শুংবা—শেল শুংহুনা শাবা ; তরেং খোই দোংবা—শেম্বুং ; তরেং মনিন নাইবা- শেল মখোন হৌবা, শেল য়ায়া লৈবা।

তলম্বা—লৈরম্বা।

তল্লা—উ।

তলহাও—অথুম অহাও ; তলহাও শাইথাননা—অথুম অহাও হাপ্পুনা।

তয়ুম—মনাই, তয়ুম নাইমুচেং ওইনা—মনাই অচানবা ওইনা ; তয়ুম নাইফংথো—ময়য়া লৈবা মীনাই ; তয়ুম মরিশিন—মরি মতা ওইবা মনাই।

তা—খুৎলাই মখল অমা ; তাআও—তাও ; তা চাইনবা—তা হুয়হুনা লাল তৌবা ; তা চেনখাক—তানা হাংহৌদবা।

তাই কম্বা—লয়া হৌবা, তরল তরল হৌবা।

তাইখংলাক—লাকশিনবা।

তাইজিংলেন—তাইনবা চীং।

তাইনা নেমনা—তত্তবা, শোইদনা, চায়না তাইশিনবা।

তাইবং—সংসার ; তাইবং কোইজা পোং—মীনা চাবা য়াবা পোং ; তাইবং কোজা লম্বোই তানবী—মীওইনা পোকপদা ইনাক খুনগে

হোৎনবা ; তাইবং মালং কারকপা—শিরুবদগী হিং লকপা ; তাইবং শোয়ায়েন—তাইবং পানবসিগী মপু

তাইবা—খুরুম্বা ।

তাইলম—তানা থিলম্বা মথাক ।

তাওথংবা—শেম্বিবা পীবা ।

[redacted]

তাওজিং—হৈ ; তাওজিং চুজপলোই—হৈরোই , তাওজিং নমনাইবা—হৈজাং ; তাওজিং পিশিন্দ্রাই খোংনেংী—খোম ; তাওজিং হৈরিচিল অচিমবা—মহৈ মরোং চুম্বা ।

তাওতেক—নৌ ( খুমম হায়নবা ) ।

তাওদনবা—মুমিং ।

তাওবা—ছুই, কাংদেন ; তাওবা কাংদেনগু—কাংদেন পাইবা ।

তাওয়োই—পুং ; তাওয়োই পুংলেনগীনা—পুং য়েবনা ।

তাংকোং—মতাং খাংবা খাবে (হাওনা শিজিন্নবা) ; তাংকোং চৈশোদবা—শৌ লাং অকনবা লৈতবা ।

তাংখুন—হাও জাং অমা ; তাংখুন খাম্বী লোথি থাং—থাজোন ; তাংখুন পাম্বী নিংপাকপা পাল ।

তাংগ থাবা—পোং লৈবাক্তা থাবা ( মশিং থাবা ) ।

তাংগম—নাপী ; তাংগম য়াদা চিক্লা—ময়াদা নাপী চিক্লা ।

তাংগ—সনা, লুপা, শেল ।

তাংজা—লিল, উক, কোক, ইকাইবা, মাউ, খোউ ; তাংজা খোংগুন নাইদবী—খোংগুন তাদবী ; তাংজা লুক্তেংবা—কোক্তা কোনরাই হাপ্পা ; তাংজা শমলাংতোন—তাথরকপা শম অশাংবা।

তাংজুম্বা—মতাং চুম্বা।

তাংথবা—ত্থিনরুবা, লাম্নরুবা; তাংথবী—লাম্নবী।

তাংথা—লৈবা।

তাংনশম—শিলহৌবা মথং মথং

তাঙনা—শেঙনা।

তাংমা—মতাং।

তাংমিৎ—মতাং।

তাংলম্বা—লেরুম্বা, তাংলম লোইনাইনা—চাক লাম্নগা।

তাংলৈ—লিন জাৎ অমা, তাংলৈ লান্দানবা—তাংলৈ-গুম্বা।

তাংলৌ—মতম।

তাংশরুবা—মী থান্নদবা, উ-শিরুব', কিদবা।

তাংয়োল্লগনি—তাঙলগনি (মতু তাঙবা)।

তাক ঙা কানবা শোই।

তাকতাবি—তুমজ্রিবা।

তাকপা—মাঙবা. লোইবা

তারুকম—শিকম, মাংকম,

তাকনরমঞ—তাকলমঞ।

তাচোপ—খ্ৎংজেৎ।

তাজিন—মাংথাবা, তামতোম; তাজিন খনবা—গুনা শোকথিবা।

তানথোং—মম্নুং; তানথোং খোংথুম্বা—মম্নুং নাইবা।

তানদবা—খুল অচৌবা, মী ময়াম লৈবা।

তাননা—য়ৌনা।

তানবা—ফংনবা হোৎনবা, তানঙমলোই—তানবা ঙম-লোই, তান ফংবা—ফংবা।

তানিং—তা মনিং, তানিং পাইজমন—লাম তৌবদা তুং ইনজমন।

তাবা—লৈবা।

তামদি—অচুদি।

তাম্না—লাম্না; তাম্না কৈদোই হুকপা—চংবদা অকনবা; অরাবা মকম (লম থাম্না)।

তাম্বা— রাৎপা, লৈত্রবা,

তামলবা—হাংলবা, লাপ-শ্রবা।

তারকপা—লাকপা।

তরাও তরাও—লাওনা লাওনা।

তারোন—তা মরোন; তা-রোন তা—হুমবা তা।

তাল—পাম্বোমদা শিবা মনা মথল অমা।

তালনা—য়েৌনা।

তালোই—মতু, তালোই মথৈ নাইবা—খুপী মরোন নাইবা, তালোই মীতু সংবাম্বা—মী গী মতু পাম্বা; তালোই লুমদিল্লবা—মতু থিবা, তা-লোই লুমলে হপ্পবী—মতু অহন।

তাশক লাও—তা মশক তাকও।

তিংই—উচেক মথল অমা, তিংই রাকোংলাক—তিংই-না ইরুম্মা কোং ফাওবগুম্বা।

তিংঙক মাইঙরুবা—ইঙক ঙকপা।

তিংনকুই—মম্বাংলেন শাংবা।

তিংনা—তিংথোক্লনা।

তিংবী - চংননবা থোং, থরোই।

তিংলি য়াংলিবা—লু য়াং তিং-থোকপা।

তিকপা—লৈবা, মমন ভাংনবা, মমল পীজুনা লৈবা য়াবা।

তিনচুম্বা—তুঙ্কচবা।

তিন্দু তিনশাবা—তিল লাই য়েকপা।

তিমেন—তা; তিমেন ভা-নোইচোং—তা খোঁশাবা; তিমেন লুম্বাল লোংবা—তাজিন ও লোংবা।

তিল্লাই—তিল্লাইখোম্বী, তিল-লাইমেন—মতিন থাকপা।

তিল্লাং—তিল, মপুক, তিল্লাং থোইদাবা—পুক্লিংন্না পাম্বা; তিল্লাং চাক নিকপা—চাক লাম্বা, তিল্লাং মথোই শাও-বা—মপুক শাওবা, তিল্লাং হাইশিংনবা—তিন শিংপা।

তুইথং—লোইনচুনা।

তুং—মতুং, তুংইন্নবা মতুং ইনবা; তুং ওইনা থম্বা—তুংদা থম্বা, তুংওইকোল—তুংথম লম্বা মফম; তুংথানবী—তুংলোম থংবী; তুং থোন রাইরো—ঙা হাপ্নবা তুংগোন; তুংশোন্নবা—তুংদা থংবা।

তুকনাচুইনা—তুকথবা, শোম্বা।

তুগুম্বা—অচুগুম্বা।

তুজা—মতু মচা।

তুদেংবা—তেংথোকপা।

তুনবা—তিম্নবা; তুনরে—তিম্নরে, উম্নরে।

তুনানবা—অনানবা; তুনানবী—শনাং।

তুন্নুং—সং।

তুনেম—লম।

তুব—পানবা।

তুবা—ফাবা ঙম্বা।

তুবী—নিংথৌ, লাইবেন, তুবী খোইহৌবা—থমনা; তুবী চুম্নখোই—খ্বাইদগী হেনবা নিংথৌ, তুবী থিংলৌ য়াইদা হৈতাব নচা—নিংথৌগী থার পোক্লকইবা, তুবী পুম্নোক-পা লাইরেন পুকনবা—নিং-শেম্বা ওইবা, তুবী মতে হৈবা—মখোই মখোইনা তৌরম্বা: তুবী মহী হীনা মেংবা—নিংথৌ মবুক ফবা: তুবী শরেপ ইরেং পুরেপ ফারবা—মপুং ফারবা।

তুমথোইবা—য়াম্না তুম্বা।

তুম্বী—ঈশিংদা লুপ্পা চোৎপা।

তুমাবা—ঙাকপা, মীগী লমদগী লাকপা লাই।

তুম্মিৎ—চুমিৎ ( থাঙ্গ কম্বোংনা হায়নবা )।

তুরেংকাই—মতু চোম্বা।

তুরল—তুরেন; তুরেল মিং-থাংকোই—তুরেন থুদিঙ্দা য়েংবা; তুরেল মীংথাংকাই

যুপুংকোই য়ুনারেক চিব পাওনাইদবা—উচি।

লশোরকপা—লাকপা।

লাই—থাগাৎ, মীদগী মগুন হেনবা, অথোইবা; লাই মরু—মরু ওইবা লাই, লাই মিংথু—লাই মচা।

লাইওং—তৌগদবা হিরম, লাইওং খুৎশিন্নবা—তৌগদবা হিরম তৌবা।

লাইকন্নবা—অনাবা হোৎনবা, লাইকনথবু মকন ফবা—অনাবা লাহেংবা, লাইযেং হৈবা।

লাইকারম—যাংলেন, হকচাংগী য়াং।

লাইথন—খুবাক।

লাইচম—ঈশিং লৈবা মফম।

লাইজ—ঈশিং; লাইজ অপাবা—ঈশিং অথেনবা; লাইজ অহকপা—ঈশিং অরুবা; লাইজ ইঙাওবা—ঈশিং ইথক হৌবা, ঈশিং অচৌবা; লাইজ ইথোং শিনবা—ঈশিং লম্বী শিনবা, লাইজ ইদা—ঈশিংদা; লাইজ ইদা হৈতবা—ইরোইবা হৈতবা; লাইজ ইপাকথক্তা মিংথোনবা—ঈশিং অচৌবদা মিংথোনবা (মুমিৎ), লাইজ ইপাল—ঈশিং মথক্ থংবা; লাইজ ইপাল্লাং ইমু ময়োন শৎপা—ঈশিং শোকপা (ঈশিং মথক হাইদোক্লগা মনুংদগী শোকপা), লাইজ ইমৈ থৈবা—ঈশিং চেন্থখিবগী অরোইবা, লাইজ ইবেল পুং—ঈশিং লৈবা মফম, লাইজ ইবেল পুংঙাপ্পা—ঈশিং অচৌবা, লাইজ ইরোনমুং—ঈশিং মমুং, লাইজ ইয়োংদবা—ঈশিং থক্তবা; লাইজ খিকফেলবা—ঈশিং খিকপা;

লাইজ মখি নাইবা—ঈশিং অচৌবা লাকপা ; লাইজ লোকইচেন—হুমাংনা ঈশিং ওইনা চেম্বা, লাইজ পা-শান্নবা—ইরুজবা, লাইজ পিচা—কাংঙা।

লাইজি—অনি লাকশিনবা, অনি ফাজন্নবা, অহানবা।

লাইতংবি—লৈবাক হোৎপা।

লাইথা—লাইনা থাবা, লাইথা চারং লৌ—লাইনা উরম্বা লৌ ;

লাইথেংখোন—লাইবক থেংন-বগী মখোল।

লাইথেংনবা—রাইনবা, লাই-ওক্রবা।

লাইথোইনবা—য়ৈনবা, রাই-নবা, থেংনবা।

লাইনা—লাইজি, মাইকৈ, অনাবা।

লাইনিং—লাইনিংবা লাই-নিং রাচুম শুবা—অচুম্বা ভাংবা, ধর্ম্ম লৈবা।

লাইপোক—লাইনা পোক-লকপা ; লাইপোক শং শংবা—লাইনা ওল্লকপা।

লাইফম—লাইগী মফম ; লাই-ফমলেল—লাইফম অরুবা।

লাইবা—চান্দবা, মুংশিদবা, লুনা তৌদবা।

লাইর—লাইরবা ; লাইর অদোন তাম্বা—লাইরবা।

লাইবম—লাইগী মবম ; লাই-রম পুকয়ু নাইবা—য়ু অফবা খনবা।

লাইরা—থম্না।

লাইরেল—নিংথৌ, লাই, লাইরেল কক্সেং ভানবা চম্ন—অথোইবা লাইনা পোক-পা নিংভোল ; লাইরেল পুকল্লোইবা—নিংথৌবু কল্-লিবা ; লাইরেল পুগালবা—নিংথৌবু শংবা ; লাইরেল

মঙল হকপা—মগুন অচৌবা লাই নত্রগা নিংথৌ; লাইরেল মরাই লাংবা—নিংথৌনা মাই পাকপা, জয় ওইবা, লাইরেল মৈদিংঙু—নিংথৌ; লাইরেল লাইবু লাংবা—নিংথৌ মমাই ভালবা, নিংথৌ মমাই পাকপা, লাইরেল শাংবা য়াতাবা—শাংনা হিপ্পা।

লাইরৈমা চনু—থাংঙ কম্বোং নিংভোল।

লাইরোংবা—মরাই লোংবা।

লাইরোকপেন—লাই য়াম্না লৈবা।

লাইবা—মন্ত্র, লাইবা পরিং তম্বা—অচুম্বা বা হায়বা, লান্দবা বা ভাংবা।

লাইবাং লা—লাই অচৌবা।

লাইশেংবা—কোকপা, থাদোকপা।

লাইশ্রাবিচা—ভিঙোং।

লাইস্না—লাইনাও তাবী; লাইস্না থাইরককোপ অথুবা—লাইস্নানা অভাং ওইবিভৈ; লাইস্না য়ুম্মাথৈ—লাইস্নানা পাথংবগী মযুন থৈবা (পোশংবা শংলাংমৈ)।

লাইছুই—মতিক মগুন।

লাইয়ুমলেন—লাইগী মযুম।

লাওই লাথেপ শেম্বা—লানা ফজনা শেম্বা।

লাং—লৈচিল, চুং।

লাংওন—মপোক; লাংওনবা—মপোক ওনবা; লাংওল্লকপা—মপোক ওল্লকপা।

লাংথোং—থোংবান, লাংগী চুপলি মরি।

লাঙোই—শগোল, শামু, লাঙোই থুদোই হনভমদবা—শগোল মথোঙ থাংবা ভমদবা, লাঙোই মোইশয়া—শামু, লাঙোই লুবাংবা

—শামু ; লাঙ্গোই শরি থোকপা—মতিক চাবা।

লাঙ্গোনবা—য়োকপা, চাওনবা হোৎনবা ; লাঙ্গোন ফবা—নিংথিনা ফজনা য়োকপা।

লাংজরম্বা—থবক শুরম্বা, শিনজরম্বা।

লাংজন—থৌরী ; লাংজন পুরিথোক— পুনবা লৌথোকপা, লাংজন লিগা থুবা—থৌরীনা পুনবা।

লাংজা—কোনা থেকপা, উচেক মখল অমা।

লাংজেং—মমৈ, অনৌবা, মথোক কারকপা ; লাংজেং থোনবু লৌ—পাম অনৌবা, লাংজেং তোন্দা হৎপা—মমৈ মতোন্দা তাঙবা, মমৈদা য়েকপা, লাংজেং তোনানদবা— মথোক কারকপা নাম্থোকহন্দবা ; লাংজেং মথোক্লকপা—মথোক কারকপা।

লাংজৈ—ময়াই।

লাংতরুবা—ইরাং লাংবা।

লাংথরকপা— লাকপা, ফারকপা।

লাংদম্বা—লাং থাকপা।

লাংন তম্ন'—থৌরাং তৌহনা।

লাংনলুকইনয়ামন—লুথাকপা।

লাংনা—ই মনা মানবা নাপী মখল অমা ; লাংনা পাদম—লাংনানা মপা মপা তম্বা।

লাংপক—হামল ( ফত্তবা ইকুম লাংগুম )।

লাংফম—শিগ নাগদৌবা অমদি খুদোং থিবা মতাং।

লাংফম্বা—লুমহনা লৈবা।

লাংফাং—কাতু কারল, অমগা অমগা।

লাংফান—ই ফানবা, লাংফান কনবা—ই ফানবা কন্বা।

লাংফেম্নবা—ইরাং লাংবা।

লাংবচক—কলি যুগ।

লাংবন—লাংবন থা, লাংবন অওন লুক—ফৌ ওয়বা শংবাই, লাংবন করোং খুৎকুম্বা—লমন খুম্বা (ফত্তবা তৌথিবগী ফত্তবনা লমনশিংবা), লাংবন খোইরেন লান্দম্নবা—খোইনা পাইবগুম থুনা চেম্নবা, লাংবন লৈপুং কোইজ্রাওবা—মি, লাংবন শিংজা থাংবা—শী' চনবা।

লাংবান—লাং মপান, লাংবান তোমপোকপা—লাং মপান তোমথিন হোবা।

লাংবুক—মপোক।

লাংমৈ ওনবা—মমাই ওনবা।

লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ চন্দ্র—থিয়াম নিংঙোন।

লাংলেন—রা, মচাম্বুপী অহন।

লাংশং—প রুং থাবা, শঙ অমগী মমিং।

লাংশম—লাং তুম্বা, লাংশম হোবা—লাংনা তৎপা।

লাংহৈ—কুম, চ'হি; লাংহৈ কুমওনবা—চহি ওনবা।

লাংয়েন- মচি, থোরানমিচাকী মমিং।

লাকওমদবা—লাকশিনবা ওমদবা।

লাকথা কোনয়ানশ - লাকথদা য়ানবা।

লাকথিনবা—খুত্রম চনবা।

লাকথিল্লম—কোইরিবা লম।

লাকমনা— রারকপা, লাকমরকনা লাকপা— অমুক লাকপা (রাবকপা, শিজিন্নবা, শেম্বা)।

লাকলো শিনব—শিন্নবা।

লাকয়েন—অমগা অমগা লোম্নবা তাইনবা।

লাকয়োনবা—লাকশিনবা, পাইশিনবা।

লাকা—থজিন।

লাকাবা—অরংবা।

লাচুম্না— হাৎপা, শিহনবা, থরাই মাংহনবা।

লাথাকোল—লফু য়াম্না হৌবা মফম।

লাথেৎপা—তুমিন্না লৈবা।

লানগা মাংবা—লান্দা মাই-থিবা।

লাজবা—পিখিবা।

লাপ্পাই খোন—লান চাইথাই-বগী খোনফম।

লাপ্পাই থৌবা— লান্দা থৌনা ফবা।

লাম্বরা—লাল তৌবা, লাল ওন্বা, লাম্বরী—লাল ওন্বী।

লাম্হৌ—লান্দা থৌবা, লাম্হৌ লাপ্পাম্বা— লুরাং শলাইগী নিংথৌ অমগী মমিং; লাম্হৌ য়াংবা—লান্দা থৌবা, লান্দা কনবা।

লান্দাবা—লাল তৌবা; লান্দান কাইবা—লাল তৌত্নুনা লৌ-থোকপা।

লানফম—লান তৌফম, লান-ফম কাকুপ মথুম হাংলবা—মাইকৈ অনিদা লান্মী চোং-থোক্লকপা; লানফম ফম্না শিৎপা— নারক্তা লান ঙাইবা।

লানয়ানফম—লান্দা হাৎলকপা মীগী মকোক থমফম।

লাপেং শাবা—লানা যূরা কোন-বা (যূথরুবা শাত্রৈ কোনবা)।

লাবা—নিপা, লাবা থোকলাং মশোল্লম— তাথোক হাই-গৎপা, থাঙ্গৎপা; লাবা খুমন—ওক লাবা; লাবা তুগুম্বা—নিপা থোকপা, থৌনা ফবা, মরিশ লৈবা; লাবা থিয়াং থোক্না লমহৌরকপা—থৌনা ফনা চোংথোকলকপা; লাবা নোংলৈফম—নিপা থোকপা য়াবা মফম, থৌনা ফনা

তৌবা য়াবা মফম, লাবা লুয়োই ইরেংখাংস্থ পাখংকুম-জিং ফায়েৎলি—শমজিন, লাবা শমজিন নৌরৈথোং—নিপাগী কোয়েৎ।

লামদ্রম লাম্না—তরাম তরান্না।

লামফম— লানফম, লাম্ফম খাম্বী মৈশালাংগুম্বা— লান-ফম অকনবা।

লাম্বল—লাল তৌনবা পল।

লাম্বস্থ— অরাম্বম নিংডোন ( নিংথৌনা লৌবা )।

লাম্বাও—লালগী পাও, লাম্বাও-থোন—লানগী পাও (করি-গুম্বা পোৎ অমা খোংলগা লান লাক্কই হায়বা খঙনবা)।

লাম্বী—লম অমগী মমিং।

লাময়োনবা—লামশিনবা।

লারাক—লাগি মরাক; লারাক খাংদৈ থোম্বা—লানা য়োম্বা, লানা মথা থাবা।

লাল—হাৎনবা, অমগা অমগা খৎনবা; লাল চাইবা—লাল থুগাইবা; লাল থং—লাল মথং মথং; লাল পাম্বা—লাশ তৌনিংবা, লালবুম—লাল মরুপ, লাম্মী, লাল মাংবা—লান্দা শিবা, লাল-মিং নাইবা— লান্দা মিং চৎপা, লাললাওনবা—লাল লাওবা; লাল হৌবা—লাল তৌবা হৌবা, লাল-য়াই—লাল অচৌবা, লাল য়াম থাবা - লান্দা মী য়াম্না হাৎপা।

লাল্লু—কোক, লম অমগী মমিং; লাল্লু চোমাই লৌবা—মকোক ককপা।

লাল্লুমবা—লাল লুমহুনা লৈবা; লাল্লুম থৈবা—লাল লুমলম্বা।

লাল্লেকয়াই— লাল লাকপদা লেকথিবা মফম।

লাইলেথেম– লান্দা শেৎপা ফি।

লাল্লোই—লম অমগী তেংথারোন, লাম্মী; লাল্লোই তম্বা— লাল তমশিনবা; লাল্লোই থাবা—হাংকে তৌবা, লাল্লোইনবা— লাল শোকনবা; লাল্লোইবম — লাল তৌবা লম।

লাশমফোই—লা মতোন থংপা।

লাশোংপাম্বা— মগুন চাওবা।

লাহাল—মমাংগী গুমিং, লাহান থোইমা ইহৌগী—থবক হৌদোকপগী, ইহৌরকপগী; লাহালনো — থাইনা, মমাংডৈ।

লায়াং—থাইদোকপা।

লিংজেন— থৌনা; লিংজেন শোকচংনবা-লিংজেন ফত্তবা।

লিকোন—ঈশিংদা লৈবা জীব; লিকোন থাওনবা—লিকোন থাওন ওন্দুনা শিবা, লিকোন তোম্বাম্বা—লিকোন শিবা।

লিকলাই—মগুন লৈবা।

লিক্লাং—লিক, ডক্কা শিবা; লিক্লাং চোইনা কেনবা—শিবা; পুন্সি লোইরবা; লিক্লাং থরাইনবা – লিক ডক্কা শিবা, লিক্লাং পাখহোংদবা —য়াথং হোংদবা।

লিক্লা রাইফেন তাবা— লিক্লা তাবা।

লিকশং—লিক অশংবা।

লিকশি থারোন ফৌ— চহি লোয়রবদা লোকপা ফৌ।

লিগা রাইবা—মরী চংপা।

লিচৈ—লিগী চৈ; লিচৈ তেরান হুনবা—লিচৈ পাইবা।

লিংথংলকপা—কাওগংলকপা।

লিতোন—থৌরী মতোন, লিতোন রাইবা—থৌরী মতোন পাইবা, যৌবা।

লিথুবা—লাংদা থুবা।

লিনগোই—পুকমুং।

লিম্ফোইঙম্বী—অতোম নিংতোন (নিংথৌনা লৌবা)।

শিনম্মুরোন—নিংঙোম্বম, লাই-তোনজম, রাংথেম নিং'ঙাল ( নিংথোনা লোবা )।

লিনাই—মরি চৎপা, মরি নাইবা।

লিফম - ফিবম ওইবা ।

লিবা—থম্বা, থিবা (পোৎনচিংবা থম্বা কুইরবা)।

লিরু য়াফাক লৌবা—কোম তৌবা

লিরেল—লী মথল অমা।

লিরেল কংশি নিকপা—লী কুংনা হৌবা, অকনবা; লিবেল পাগফান—লী তিংবা, লিরেল পাথুপলোনবা—লী থাবা, লিরেল লুছপ—লীগী তুপী।

লিরৌ—য়েৎনবা, লিরৌ থোই-বা— থৌরী লৌশিন্দুনা যাবা, লিরৌ রা—নিংঙাই তৌনবা রা।

লিল্লি কোন্দাওবা—লিম্না তাওবা।

লিল্লবাই—লম অমগী মমিং, ইরিল তুরেল, লিলরাই শল্লম ইনগে তৌগুমলে—শিগদৌরে।

লিলি চিল্লেকপা—রা পেৎ পেৎ ঙাংবা।

লিহুইফম—হঞ্জিনফম।

লিহেম্না—কোইগনবা।

লিহৈ ফৌ মহৈ।

লিয়াইনেৎ—তিংবা।

লিয়েৎনবা—কাওদবা।

লু—কোক, লুকোই সলাইফি—কোয়েৎ; লুখুমচাও—ফিরুক খুম্বা; লুখুম ফান-জাওবা—কু, লাইবক; লুতেংবা—কোক লুবা, লুথোং শেম্বা—কোক্তা পুবা যানবা শেম্বা, লুদ-থোংবা—কোক্তা থোংবা, লুপাল তোংবা—কোক্তা ছাইগৎপা, লুফাচিকপা—কোক্তা থেৎপা।

লুক--চাক, চাং থংননবা থুমুক,

লুকই—চাক ঊশিং, লুক ই শেংগন্নবা—চাক ঊশিং ছাপ্তুনা শেঙ্গন্নবা লেপ্পা; লুক থুংদবা—চাক লুক থুংদবা; লুকথোং—ঙারৌ; লুকপান থকী-চাকলুক মপান্দগী, লুক্রেম—নিংথিবা লুক।

লুতিনবা—খোমজিনবা।

লুতুবা—তুবা।

লুথুপ—য়ু তুংনবা পোৎ অমা (উরী)।

লুপা—ধাতু মখল অমা, লুপা খাওথাংনবা—লুপা শিবা।

লুফুই—লু, ঙা ফানবা, লুফুই নানথুম্বা—লু থুম্বা, লুফুই নান থুম্বা শোইরেল থমঙাকপা—পনথিংহুনা লু থুম্বা;

লুমদিন্নবা—পান্নবা (মতু মন্না লৈনবা)।

লুম্নবা—লৌনবা হোৎনবা।

লুমলেম—মতু মন্না, মতৈ মনাও, লুমলেন থাবাংনবা—মতৈ মনাও ফমমিন্নবা, লুমলেন নাক্তা থাদ্রিবৈ—মনাক্তা মুপী পুশিনদ্রিবৈ, মুপী থিদ্রিবৈ, লুমলেন মরোন য়াম্বা—মুপী মরোন য়াম্বা।

লুমাই চুম্বা—লু থুম্বা।

লুরক কাংদৈ থিবা—থাংয়ানফম থিবা।

লুরক চনবা—লোনশিনবা।

লুরেনতোন—কোকতোন।

লুনা—তরু তরুনা, লুনা থম্বা—যজনা নাননা থম্বা।

লেংদিন্নবা—ময়াম তিনবা।

লেংথোংনবা—লেংবান্দা পুবা।

লেংদা—লেংদবা, চত্তবা; লেংদা থী—খুদি থিবা, লেংদা চাবা—মপা চাবা।

লেংনমথোন—লেংবান্দা পুবা।

লেংনা কাইনা—ইবাং লাংনা, মীয়াম পৈবা।

লেংনা ফাইনা—খ্রাত্রাংননা লেংবা।

লেংবা—মপা, মমাম্নবা, লেংবা থীবা—মপা চাবা থীবা।

লেংলোই—ময়াম।

লেনা খন্না—হরাওবা।

লেপ—মরেপ ; লেপ থংদবা —মওং থংদবা, পান্দম লাকপা ঙমদবা; মরেপ, লেপফাবা—মরেপ ফাবা, মপুং ফাবা।

লেপতম—মরেপ ; লেপতম চোংবা—মরেপ রাংবা হেনগৎলকপা, ফাওগৎলকপা ; লেপ্তম হাইবা—পান্দী ফুক্-ক্তোকপা।

লেমগ থাবী—ফজবী, অরেম্বী।

লেমথোং—মফে।

লেম্বা—নিংথিবা, ফজবা।

লেমলৈ—ঙা ; লেমলৈ অকাবরু নানম্বা—ঙা কাথৎপা নমথবা, লেমলৈ ঙাচং তাম্বা —ঙা চংদবা, লেমলৈ ঙাতাবা—ঙা ফাবা ; লেমলৈ ঙামৈ শাংদানবা—ঙা ফাবা কোইনা চৎপা ; লেমলৈ তুপ্তবা রাংজেং কিন্দবা —ঙা শেমদব, মপুম ; লেমলৈ নিংথৌ চম্নু—লোইতোংবম নিংঙোন।

লেরা—লমহেনবা।

লেল হৈথা—লেল তাবা।

লৈওনবী—হজং-হন্দা য়াওনবী।

লৈকম—লৈপাক অকনবা; লৈকম লোবা—লৈপাক হুনবা ; লৈকম য়ানবা—লৈপাক য়ানবা।

লৈকাই—য়ুম থরনা পুনশিনবা; লৈকাই ইল্লুমনবা—লৈকাই অমতদা লৈমিন্নবা ; লৈকাই

তোম্ফাংকেণ— লৈকাই অতোপ্পা ; লৈকাই তোম্ফাং কেলনা হেকথোকপা—লৈ-কাইনা পাম্না য়াইনবা শঙ্গাই; লৈকাই পালশং—থুন পুম্ন-মক ; লৈকাই পুজক্কক—লৈকাইদা ওম্বা, লৈকাইনা য়াইনবা থুমুক।

লৈকিম্বা—লৈপাক কিম্বা লৈকু লৈরাই, লৈকু য়ু-নাইবা—লৈপাক্তা য়ু হৈদুনা কৎপা।

লৈকোইপুং—থুমনগী লম।

লৈকোইকোং—মোইরাংগী লৈ-কোইদা তম্বা।

লৈকোইরেল—কোমুং।

লৈখম্রুং—লৈপাক মমুং।

লৈথুন—লৈপাক্তা হোবা ; লৈথুন ফাওবা—শুরং ফাওবা।

লৈথুম—লুথুম, লৈথুম লৈথা শেন—থুয়া লুথুমগী শেন (শিরগা হাপ্পবা শেন)।

লৈথেৎ—লৈই ইবা।

লৈথৈ লেংবা—লৈপাক ফাওনা লেংবা।

লৈখোং—কোমুং ; লৈখোং কায়বা—লৈপাক কায়বা।

লৈচিনচেক—থুম্ন্থ্রুং।

লৈচুবা—লৈপাক্তা য়ুংবা।

লৈচেং—লৈপাক অকুপ্পা।

লৈচোন থানফমলো—শোরেন ফূম্বা।

লৈজহনখিশুনো—লৈহনখি-শুনো।

লৈতং—লৈপাক অকংবা ; লৈতং লেংবা—লৈপাক ফাওনা লেংবা।

লৈতম ফেনবা—লৈপাক শুবা, লৈপাক তোবা।

লৈ তরেৎ—মোইরাংগী লৈম-রোন তরেৎ।

লৈতাং—পাৎ অমগী মমিং,

লৈতাং শেবুয়েক অঙোবা —উরোক।

লৈতোই চনবা—পোৎ-চ য়ানবা, ককথৎপা।

লৈথোং ফাৎপা—লৈপাক তোবা।

লৈদ—লৈপাক্তা ; লৈদ তাবা —লৈপাক্তা তাবা।

লৈনরিংবা—মশা থপ্পা।

লৈনা—লৈমনা, লেপ্পা শোই-দনা ; লৈনা নিংনা—মরৈ তোঠ্না, লৈনা মুকাঙনবা —মফম হেংবা, মফম শোইহনবা, লৈনা লানা— লৈথোক্নুনা।

লৈনিং শাবা—লৈপাক্তগী ফাও-গৎপা।

লৈমুং—লৈপাক মমুং ; লৈমুং অশৈ তেংমাই থিনবা— পেনা শকপা ; লৈমুং থরুক অশংবা—কোইনা চৎপা, লৈমুং শিনাই

অখাচা—অখাম পেনা শকপা।

লৈপাক মাবা—লৈপাক মপু।

লৈমডনবা—লৈবাক চাউবা।

লৈময়োল—লৈবাক ময়োল।

লৈমাবা—লৈবাক মপু।

লৈমা মমাংগী—মমাংগী মহা-রাণী।

লৈমু—লৈপাক মথা।

লৈরক—খুল্লক্তা লৈবা লম্বী মচা, লৈরক শাথোবা খোং-বান লাংয়াম্বা—খুল্লক্তা লৈবা লাই ফত্রবা।

লৈরাই—ঈশিং ময়া ; লৈরাই নকুমলম—হিদেন তাফম, লৈরাই পিথক—লৈরাই মথক, লৈরাই বিচা— ভাসাং ; লৈরাই যুথাংবা— ঈশিং মপান্দা লাই থুরুম্বা।

লৈরাং—লৈ, লৈরাং অতিংঙা —অরেম্বা রা, কাম্নদবা রা, লৈরাং ইরাক চামত্রিঙৈ—

খোন কাইনথ্রিডৈ, লৈরাং থৌবি নরাক চামদবা—নংগীনি ছায়বা করিমত্তা তমদবা ; লৈরাং মাইওন য়াংবা - মাই ওনশিন্দবা, পুক্লিং চংদবা।

লৈরা থরোই তৎলবা—ব্রা ভাংবা চুমদ্রবা, লৈয়েং কারবা।

লৈরিৎ ভমদবা—লৈমুং চংবা ভমদবা।

লৈরিয়াংলিশোন - শমথৈ খঙ-নবা, লম শরুক খঙনবা।

লৈরেনথৈ—লৈপাক্তা পৈবা।

লৈরেন লৈজাও—শমজি ও ফাংবা।

লৈরোল লৈমা ক্যাং চাইবী ৪ —লৈপাক মচু মানবা শামু মরি।

লৈব্রাইবা—ফংবা, মতৌ তম্বা।

লৈশিবা—ব্রারেম ভাংবা।

লৈশি লৈথোনবা—নিংখিজনা ছায়জবা।

লৈহাও—ছার, লৈপাক মথক থংবা, লৈতোং।

লৈহেন্নবা—তম্না হন্নকপা, অহিং লেক্কবা।

লৈহৌ নিংথৌ—শেক্তাদা পানবা নিংথৌ। লৈহৌ নিংথৌ চম্ন —শেক্তা নিঙোল।

লৈহৌ লাংবন শমনগুম্বা – শমন লৈনা ফজগুম্ব।

লৈহৌ হিগানবা – লৈথুংদগী মপোপ চাউনা হৌরকপা।

লৈয়ু চুংখুন য়োংবা—য়ু থকপা।

লোই—মথা পোনবা ; লোইকা তাম্বা—লোই কারকপা রাং-পা, লোইকারম্বা—লোই-কারকলম্বা, লোইকা হাংবা —লোই কারক্কবা, লোইকা য়াংবা—লোইথৌ কনবা ; লোইকৌ চীং—লোই ওই-রম্বা চীং, লোইচাবা চম্ন—লোই চম্ন, লোইনেম কোই —লোই কারকপা মক্ষম ;

লোই হায়বা- লোই থৌবা; লোইছা তাম্বা—লোইপোৎ রাৎপা।

লোইকেনবা—লোই চনবা।

লোই থাইনবা—লম য়েন্নবা।

লোইখোইবা—মপুক শেংদবা।

লোইজিং ফিরক খুম্বা—মমশিল্লকপা।

লোইথরকপা লাকপা—লাকপা।

লোইদাম—থা, মুমিৎ কুম্থ্রানি; লোইদাম থাবু লৈ—থাগী লৈ, লোইদাম থাশির লাংহৈ কুমওল্লকলবা—চহি ফারকলবা, চহি ওল্লকলবা।

লোইম্ন—খোংগুন।

লোইনেনবা—লোইচনবা, লোইনেনবী—লোইশিনবী, লৌশিনবী।

লোইবী চীং, লোইবী মারেম—হাও, লোইবীরেল—লোইকম অচৌবা, লোইবী লমখোইবা—চীংদা লৈবা গোই লমহেনবা; লোইবী চৌমল্লাং—চীংদা লৈবা গৌ অমনবা।

লৌবুনাই—ইবেল।

লোইমু—ইরোই।

লোইমোম—ফৌ; লোইমোম কুরোন হুবা—ফৌ শুবা; লোইমোম ফৌগং লাংলুবা—ফৌ পুরুবা, ফৌ হোল্লুবা, লোইমোম মনাহিগুম্বা—ফৌ মনাহি চোনবগুম, লোইমোম ফৌরম চেন্নরম—ফৌ মরক্তগী চেনখিবা।

লোইহেম্বা অমুবা—কাক।

লোইয়া—চীংখোং ময়া, লোইয়া পুরুমশং—লোইকারকপা, পুন্নমক্না থুরুম্বা শং, লোইয়াবা চন্নু—লোই নিংঙোল।

লোংজুম্বা—মরোং চুম্বা

লোক—চীংগী অকুৎপা লম; লোক ঈ—লোক্কী ঈশিং, চীংজুম; লোকচা মজা ঈ—লোক্কী ঈশিং: লোকমুং লকাবা—লোক্কা ইঙান ঙানবা, ইরুং লংবা, লোকলৈ নাপোম—চীংগী লোক না-পোম।

লোকপা—খোম্বা, লৌশিনবা।

লোকলেন—অকুৎ অতোং, লোকলেন মঙান নাইবা—ইঙান ঙানবা।

লোকলোই হৌবা—ময়াম তিনবা।

লোকলৌ ঈশিং, খোং, অকুৎপা, শিংগ্রেং থাইব; লোকলৌ তবোপ কাইবা—নিংবা কাইবা, লোকলৌ তাজি খোংঙবা—মীওই শুরবা, মপুং ফারবা, লোকলৌনমথুম ঈ—ছমাং, লোকলৌ পল্লেন হৌবা—খোঙ থিনবা (শাওজ্রনা খোঙ থিনবা); লোকলৌ লেংথথিবা—লৈমুংদা লৈ-থিবা।

লোকয়াই থুবা—থব্রাংননা লেংবা।

লোনখোং য়েৎপা—য়েৎপা।

লোন্চৎনবা—তুমিন্না তৌবা।

লোপ্পা—ফক্লাং, মমুং, তুমিন্না তৌবা; লোপ্পা লোনথুপ্নবা—অরোনবা, তুমিন্না তৌবা।

লোম্বাং মঙান নাইবা—থাং হাইবা।

লোম্নরাং—তুমিন্না হোৎনবা।

লোনবিবা—অনি পুনবিবা।

লোনয়াম্বী—মরোন যাম্বী।

লোলইম—ময়ুম।

লোললু—খ্‌াং, ঙা ফানবা লু।

লোললোই—মনিং, নোংচুপ (কোনয়াই হুনবা মতমদা হায়বা)।

লোল হায়বা—তুমিন্না হায়নবা।

লৌকোই ইনগুম—লৌবুক্তা ফিরান যুংবগুম।

লৌথৈ নিংথৌবা—লম অহূগী মপু ওইরিবা।

লৌথোং মাংইনবা—য়োংনা মাং থাবা।

লৌথিবা—পুকচেল ফত্তবা, মরৌ তৌবা।

লৌনিং—লৌনিংবা, লৌনিং ইথৌলাংবা—য়াম্না লৌনিংবা।

লৌরাংচাল—লৌশুবা, নিংথিবা লৌ।

লৌরৈ থাংবা—পুনবা, কিশনবা।

লৌরাই মানশরিক—কৌরিক।

লৌশিং—বুদ্ধি, লৌশিং কুপ্তুংবা—বুদ্ধি লৈত্তবা ; লৌশিং তাংথক নাইদবা—নিংলবদা গুমদবা লৈত্তবা, লৌশিং নরা শৈদমপাল—লৌশিং লৈত্তবা ; লৌশিং নহা কমদোন লোম্বা—রাখল লোইরবা, লৌশিং লাইজ ইরেন পুগুগুম্বা—লৌশিং য়াম্না শিংবা।

লৌশি নাহাকপা—নাহাকপম শাগে।

লৌশি হুনবা—মকোক ওইবা।

লৌহোন—লৌ চার ; লৌহোন চাইজি—ঈশিংদা হুনবা লৌহোন ; লৌহোন চাইজি মিরোমন—চাইজিগী লৌহোন হুন্দোকখাক।



ৱাইকোইবা—থিবা, কোয়বা।

ৱাইকোক—অহানবা।

ৱাইকৌ—মনিং পঙবা, য়েন্‌পাক, তেনজৈ।

ৱাইখৎপা—পুখৎপা।

ৱাইচৎপা—পুহনা চৎপা।

ৱাইচিম শেন্দবা—লম চিংথ-দবা।

ৱাইচৈ—থৌরম।

ৱাইথুংবা—য়েৌবা, থুংবা।

ৱাইথোকথিবা—পুথিবা, চেন-থিবা।

ৱাইনা—লাক্তুনা (তাপ লাক্‌-তুনা)।

ৱাইফাৎপা—হোগাইবা।

ৱাইবা—শোকপা, শমনবা।

ৱাইরং—নোংপোক (কোন-য়াই ছনবদা হায়বা); ৱাইরংচেক—খৱাংচাক।

ৱাইরা—তেল, শা ফাবা; ৱাইরা তেনবী মনা থোই-মোম কছা কাইবা—তেনজৈ অমনা লাই তাইনবা; ৱাইরা নশা শাবা—নংনা ফারকপা শা শাবা, ৱাইরা পাজুম থোইবা—তেন্দা থুং চুম্বা; ৱাইরা মরি থংবা—শাগী মরম খঙবা।

ৱাইরৌ—খ্বাং।

ৱাইরৌনবা—পুবা, রায়বা।

ৱাইশেং—ৱাই মচং।

ৱাইছইনবা—ঙম্বা।

ৱাইছই নাবা—লাল ভাবা।

ৱাইহুম্নবা—লাল শোক্লবা, থু-গাইবা।

ৱাওইবা—শাওবা।

ৱাওক্রক—অশাওবা খা ৬।

ৱাওচিক—অশাবা।

ৱাওতু—ইন কহোকপা।

ৱাঙোন—মচা পোকপা;

ৱাঙোম লৈমচা—ৱাঙোন লিং-থুনা পোকপা; ৱাঙোন শং—চাবোক শং।

ৱাংঙমলোন—নিংথেম মচা নিং-ঙোন।

ৱাংথোইবা—য়াম্না ৱাংবা।

ৱাংদৈ—কৈ (ফৌ থম্নবা কোৎ), ফৌ; ৱাংদৈ কৈথোং হাং-বা—কোৎথোং হাংবা।

ৱাংলুরোন শক্ফাবী—-খজিং অতেকপা।

ৱাংবন—মুংশিৎ, অৱাংবা, ৱাংবন অশারাংবা—মুংশা নংবা; ৱাংবন ইকা শাও—ঐঙোন্দগী হেনবা, ৱাংবন থিংলৌ নিকপা—নোংখাক-পা; ৱাংবন নোংৱাংমৈ—অতিয়াগী মৈ (নোংমৈ শিংজং); ৱাংবন পাওফা-ঙম্নবা—লাইনা থৌজান-বিরবা; ৱাংবন লাওথুম লাও—নোং খোংবা।

ৱাংলুক খোংইবা—মেরুক।

ৱাংলেন—পুং, মিকুপ; ৱাংলেন মরি লাংনা শাবা—পুং তিংবা।

ৱাংলৈ—যু; ৱাংলৈনা থারি তোনঙম্নবা—যু ঙাওথুনা মকোক পুবা ঙমত্রবা; ৱাং-লৈ শেকনিং ৱাৎপা—যু মরাং কাইবা ৱাৎপা।

ৱাক্তং—ৱা মকক, ৱাক্তং নাশিবা—উতোং নাদ ছুক-পা; ৱাক্তং ফিশেৎপা—উতোংগী ফি শেৎপা।

ৱাকনবা—শাওবা, য়াদবা; ৱাকন ঙাম্বা—য়ারমদবা, ৱা হায়রুমদা য়াদবা।

ৱাকনা—ৱাক (ৱা মথল অমগী) মনা; ৱাকনা চানা লৈনৌবী—ৱাক মনানা লৈ ওইনা চিনবী।

ৱা কৱোক—ৱা থাইদোক্লগা পোক পোক ফুবা।

ৱাকমা—খোঙ্জেন, ইশৈ শকলিবা মী ; ৱাকমা তেৱান শকপা—ইশৈনা তেংথাবা ; ৱাকমা তেরৌ—নহৌশা।

ৱাকলেন—চোমাই, পুং মরু, মমাই পাকহনবা ; ৱাকলেন তোংয়াই—ময়াই থংবা, ৱাকলেন হাইজৌ—চোং শেকপিন, চোমাই অচৌবা।

ৱাকয়ৈ—হি

ৱাকাওদবা—ৱা কাওদবা।

ৱাকোংবা—অনি থংনবদা অরানবা অহুনা হায়জবা।

ৱাঙনবা—ৱায়েল বিচার তৌবা।

ৱাঙনলম্বা—থোয়না শৈরম্বা।

ৱাঙমল্লা নতেংথা—নংনা তোরকপা ৱা অয়াম্বা।

ৱাচানদবা—য়াদবা, হায়বা ইন্দবা।

ৱাচিনদবা—থাজদবা।

ৱাচুম্বা—ৱা অচুম্বা, ৱা অশেংবা ; ৱাচুম চৈরোইনবা—ৱা অচুম্বা ঙাংবা।

ৱাতাথিবা—ৱাহৈ ফজদবা।

ৱাতেম্বা—বিচার তৌবা।

ৱানজেং—ঙা ; ৱানজেং অকুম্বু থৌখাম্বা—ঙা অকুম্বা থংপা, ৱানজেং শৌরাই পান্দবা—ঙা পম্নবা শৌ য়াওদবা।

ৱানা ঙৌদোং ওইবা—মিং থকপা।

ৱানিল ঙম্বা—ৱা হায়বা।

ৱাম্হোংবা—ইৱান্দা থোংবা।

ৱাপন—ৱা ময়াম হৌবা ; ৱাপন ফাবা—ৱা পাম্বী য়াম্না হৌবা।

ৱাপা—ৱা মপা, ৱাপা থুনথিনবা—ৱা মপা চাবা।

ৱাপী—ৱা মপী, ৱাপী হায়বা—ৱা অচুম্বা হায়বা।

ৱাকোংলকপা—ৱা কোংদোকলকপা।

ৱারংনবা—ৱা তাদবা, য়াদবা।

ৱারাংখাম—মৱা অহানবা।

ৱায়েপ্পবা—অৱেপ্পা ৱা ঙাংনবা।

ৱারেল—ৱা অফবা; ৱারেল পাচু থাবী--ৱা অচুম্বা হায়বী।

ৱারোংনবা—শৎনবা।

ৱারৌনবা—শাওবা।

ৱাশংবা—মীনা হায়রকপা ৱা হায়বা।

ৱাশলল শাবা—ৱা কোংবা।

ৱাহুম্বা—ৱা হায়বা, হংবা; ৱাহমখোন—মীনা হায়রকপা ৱা ( হংলকপা )।

ৱা হোংবা—ৱা মৱাং কাইবা, ৱা তোইনা থোকপা।

ৱা হোল্লুবা—হায়জরুবা।

ৱায়াম—ৱা ময়াম, ৱায়াম পাও য়াম্বা—ৱা য়ায়া ঙাংবা।

ৱায়েলবা—বিচার তৌবা।

ৱায়োংদবা—ফত্তবা, যুগোৎ চাদবা।

---

# শ

শংকন—শংবা; শংকন নোংকাই য়ৈবা—অহিং লেপ্তুনা য়াম্না কম্না হোৎনবা।

শজন—মীচং চংবা।

শদাই—য়ুম।

শজু—মপৈ, ময়াম; শজু হোইবা—ময়াম হোইবা।

শংখানবা—শংবা ননবা।

শংদিং—কি; শংদিং কিশি কিবা—কি কিশি কিবা;

শংদিং লাঙ্গৈথেম্বা—লানফি শেৎপা।

শংলেল—য়ুমজাও, লোইশং অমগী মমিং।

শংলৈমা—খুয়োনথেম নিংঙোন।

শংলৌ—য়েঙ্গাং নাপী ; শংলৌ থৌরাংবা—য়েঙ্গাং নাপী, মথৌ লাংবা ; শংলৌ নাকন্বা—থৌশাদবা ; শংলৌ মুং-গন্দবা—রাদবা , শংলৌ মুংগনবা—রাবা ; শংলৌ রাংগন অকনবা—থোংঙ্গনা চাবা য়াবা উয়েল ; শংলৌ য়েনমাং হুনবা—য়েঙ্গাং অমাংবা পিজবা।

শংশংবা—থাঙ্গশেংবা।

শংশোং—অশংবা ; শংশোং-লক্কা—অশংবা মরক্কা।

শংয়াথি—শং লিংকম।

শক—মশক ; শক ওম্মোক—মশক ওম্মোকপা , শক খনবা—মশক খনবা ; শক-লেন মঙান নাইবা—ফজবা।

শঙাইশেল—য়াম্না থুনা পাইবা মৈবী ; শঙাইশেল শাফু তম্বা—শঙাইশেল পাইবা।

শজিক—থরানমিচাক অমগী মমিং ; শজিক মতুং ইন থবা মমৈ রাইবা—শিবা ; শজিক লালওং তম্বা—শজিক থোকপা।

শজু—নাপী মথল অমা ( চীংদা হৌবা নাপী ), শজু চিং-লাইঙান—চীংদা হৌবা না-পীনা ঙানবা ; শজু নাফম্বা—নাপী মরক্কা ফম্বা, শজু লোইবী—চীংদা হৌবা ই।

শনথাং—শনগী মরেপ।

শম্থোং—মোইরাং লাইজি ; শম্থোং পুংথং চীং—মোইরাং লাইজি।

শন্দুবা—শন হাৎপা।

শনপোৎলোই--শনপোৎ থোই-বগী মী।

শনয়াংথক—শল মথক।

শনা—ধাতু মখল অমা, নিংথৌ মচা, শনা ঈদা কুম্বা—নিংথৌগী ধারদা পোকপা; শনা ঈদা ভাবা—নিংথৌগী ধারাদা পোকপা, শনা কোনফু কাই লিল্লাং চোইনা কেল থবা ঙাংলি তৎপা—শিবা, শনা থৌযেৎনবা—শনা শিবা, শনা পঞ্জনথৈবা—সনা পবে' শিবা; শনা পোঞ্জেং শাবী—সনাগী লিকশিবী; শনামুকতু—শনাগী পে, শনাবেম্বী—হৈথাম নিংঙোন; শনা লাংজেং মমৈ রাইবা—ময়াম্বগী তুং ইনবা; শনা লাংজৈ—সনাগী চৈ, হকচাংগী লিঙ্গ; সনা লাংজৈ চোক—সনা হকচাং চোকথবা; শনা লাংজৈ রাইনা—হকচাংগী লিঙ্গ পাইহনা, মতুং ইননা; শনা লাংবকোই—সনা হৎপা, শনা লিকলু য়াই ওইবা—য়াইগুম্বা অথোইবা; শনা লিনগোই—গর্ভ, শনা লিনগোইপক—গর্ভ লৈবা; শনা লৈওনবা—সনানা লৈ ওইনা চিনবা; শনা শাজুম পাংয়ৈবা—সনানা হাজং য়ৈবা, শনা য়াচু শাইবা—য়া চাবা।

শমককলোন হেম্নবী—মমাম্নবী।

শমখাং—শমদা হাপ্তুনা পুবা, থোইদিং; শমখাংলোই—শমদা হাপ্তুনা পুবা লোই।

শমখোং—শম মখোঙ; শমখোং নারন ই—কোক্তা শোবা হুমাং।

শমজি—শম পুনবা, শমজি লুকতুং থাংবা—শমজি পুনবা।

শমজিন—কোক্তা থেৎপা ; শমজিন নৌরৈ থোং—কো' য়েৎ য়েৎপা।

শমজু লৈরাইনবা—চান্নবা।

শমদোংপাল—শমগুম্না হৌবা শম্বুম।

শম্বুম ঙারং য়ানবা—মতুংদা তুঙোন য়ানবা।

শমমাল্লৌ—খুৎনা ফংনা।

শম্নাং—শম ; শম্নাং চাগরৈ—শম পুনবা, শম্বুন, শম্নাং তরৈ চিংবা—শম ফোইবা ; শম্নাং তারৈনবা—শম য়েৎপা ; শম্নাং ফায়েৎনবা—শম ফাবা, শম্নাং লৈরোং শাবা—শম য়াম্না ফবা ; শম্নাং য়ুমদোন লোম্বী—শম হৌদবী ; শম্নাং লংমাই নিংথৌ চম্ন—অচোং, য়ুমলেনবম নিংঙোন।

শময়া—শমজেৎ।

শমু—ওই, য়েৎ, তুং, মাং, থোঙ, খুৎ, মশা শমু খুত্তা থুম পাইমা পুক্তা চান্নবা—থগুলবা ; শমু খুৎনা হোংদবা—খুৎফম কাইদবা ; শমু তুংদারৈবা—মখুৎ তুংবুননবা, শমু নমদা হুনবা—নঙন্দা পোবা ; শমু নাদা হুনগুমদবা—রাওইদবা, থৌশাদবা ; শমু পরৈ লানগা শাবা—মখুৎ পুনবা ; শমু পান্নোইনবা—মখুৎ পাইহুনা লোইনয়কপা।

শন্না মিখুরোন তাদবা—মীগী মরোন থগুদবা।

শরি—লাংথোং, রাশক ; শরি নামুং শোনবা—রাশকপা ; শরি রাবু ওইরে—রাশকলম্বা রা ওইরে।

শরিক—লাইথন ; শরিক লাইথলথুম—মালোন লাইথন কিন্নবা।

শরুক—চাকথুং ; শরুক লৌ-

ভম হুনবা—শরুক য়েন-
বিবা।

শরুপ—সাহেপ।

শরেন—খুংখুং।

শরেল—শা, ঙ, শরেল ওইনমক্ষ—চাকথোং চফু, শরেল চনবা—ঙা কংপা; শরেল নাকপক মরোন হুন- —চী মাই পুন্নমক, শরেল লৈতোই য়াং—শা মতুপ মতুপ ককপা, শরেল শা-জিল রাইবা—য়েল শাঙ্গনা পীবা; শরেল শিথৈ চোং-লবা—শা রাবনা শিগদো-ববা।

শরৈ—খবক কগা শুব, শরৈ কুমশা লাংপা-কুম অমগী ইরাংপা, শরৈ লমপ্রাই—মীরোন থুংদবা।

শরোই—লমলক্তা লৈবা লাই জাং অমা; শরোই থাংবা—লাই অচোইবা পিজবা, শরোই হুনবা—চোংশিন-মিন্নবা।

শরোল—মন্থং, মরু, অশুকপা; শরোল মংলোন ঈ—অশুক পা ঈশিং; শরোল হু—শুমনমক।

শলকল মকেৎ লোইগীনা—মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা।

শলুং—শল পানবা মী।

শরা—শিবা, শরা চাজুম থোংথিংবা—অশিবগী লম্বী থিংবা, শরা তুবোইথিবি—লাইবক থিবি, শরা তোংবি—লৈশাবী, শরা পোনবী চিনপাক—ভাগ্য।

শয়ি—উ মখল অমা, শয়ি মৈথাং লৈ—শয়ি মৈতাল অরাবা।

শয়েং—পাম্বোম; শয়েং পালবু তিংবা—পাম্বোম তিংবা।

শা—কংফান্দা লৈবা জীব মখল অমা, শাঙ্গ—শাগী

ঈ; শাকু.ববা—শা পিবা, শাখৌ থৎপা—শাগী মঙক থৎপা, খৌরি থৎপা, শা চারোকপা—শা চাম ফাবা, শা নাবা—শা তানবা; শা-মদোন অয়াংবা—শগোল।

শাই—শাইজিন (য়ুমগী), লৈশাবী মশাই; শাইবু ফি-য়াল্লা তিংখং খোংচংলবা—গর্ভ লৈবা; শাইবু মৈতান পকপা—শাইদা মৈতাল পকপা।

শাইদাংবা য়ুম তাংবা।

শাইবা—শাইতিংখং; শাইবা পল্লেন য়ানবা—তিংখংগী পল য়াম্লোকপা।

শাওংনবা—শাওং মানবা, মশা নোইবা।

শাংনা—ইশাং শাংনা।

শাংগু ঙমদয়া—বাংবা মপু ফাবা।

শাগন—মশা, পাখোম, শাগন তুক্‌চাং লৈনবা—মশা থপ্পা।

শাজং য়ুঙৈরাল—শা য়ু কৎপা।

শাজম পুবা—মী অনিনা লেং-বান্দা পুবা।

শাজেল-খৌরাং, শাজেল য়ুঙৈশা—শা য়ু হাপ্পা।

শাজৈ—বাশা; শাজৈ তাওবা—শিংলি খোকপা।

শাৎপা—পোকপা।

শাখিবা—লাকনবা বাবা।

শাখোবা—শা খোবা, চৎহনবা, শাখৌ খোইবা—কল্লা খোবা।

শানগৈবা—য়েংবা, উবা।

শান্তাক্তবা—খঙহন্দবা।

শান্থ.প্পা—লোৎপা।

শান্দম্বা—মাম্ববা তম্বা।

শান্দা তোইদাও হৌবা—ইক্ক-জবা।

শান্দেংবা—শেংদোকপা।

শাম্না পাওদোইবা—শাম্নবা।

শানকোংবা—কোংদোকপা।

শানম—শাগী মনঙ্গন; শানম থিংপা—শাগী মনঙ্গন্দা থেংপা।

শান্নু—মচানিংঙোন।

শান্নুবি চরৈ ফিশেংপা—ফি তাখৎতুনা কৌনা শেংপা।

শানৈহৌ—শা মরাং কাইনা চাবা।

শানৌ—ইনাও, মতু।

শাপৈমেংবা—ইরাংপা।

শাফবী—লাইবক ফবী।

শাফা—পিবা, মচা মুপা।

শাফূ তম্বা—শামকম কনবা, শাগী মতৌ তম্বা।

শাবন—লমলক; শাবন লৈরি মিহেক থাক—শাবন্দা হৌবা লৈরী মীনা হেকপদা হুন্দোকলম্বা; শাবন লাংথাকপা লম্নক লৃথুম্বা মঙ্খং থাঙ্গা পরৈনবা—অতোপ্পা মুপী নত্রগা অতোপ্পা নিপা ঙাংনবা।

শাব্রিরৈ—ময়াম্বা।

শাবী—ইয়াম্বা, ইরা, শাবী ইতৈ লৈমা—ইতৈমা; শাবী ঈ—ইয়াম্বগী ঈ, ইয়াম্বগী কাংলুপ।

শাবৈয়েংবা—শাদা থুদম থংনবা চাং য়েংবা।

শামথোম্বা—থোম্বা, মূনবা।

শাম্বা—শাগন, ইরোইবা।

শামাং—মমাং; শামাং হেনবা—মাংদা চৎপা।

শারম—শাগী মরম, শারম লিরকপা—শাগী লম্বী থিরকপা।

শারাং লাল্লাংবা—শাকম লানফমগী থোরাং তৌবা।

শারি—মোরোক।

শারেল—য়েৎ, শা।

শারোং—ফম্মেল।

শারোক পুং—নিংথৌ নাওফংবনা অরাংলম শাদানবা চৎপদা ওক লাবা মথক

মথা মমা ৮.প্যনবা ফাতুনা মো.বা মোইশগাইদা পুরকই অতুগী শারোকপুং কৌই।

শারৌ—শা অরৌবা।

শালওন—-মপোক অমুক ওয়োকপা, শালওন চকপা--মপোক তোইনা ওনবা।

শাল শেম্বা— শেম্বা।

শাল হান্দবা—তাহন্দবা।

শারা—অশিবনা লৈবা মফম, লাইবক, শো, তু, জীব, অশিবা. শারা ইনবা—শাগম্মা লাম্বা. শারা তুপ্প চুংবা—ক্রিতুনা মতু চুংবা; শারা ফুরোই থিবী—লাইবক থিবী; শারা মীখুরোন—মীগী মরোন; শারা পনথল ঈ -হুমাং, শারা শাতুম প্যাংথৈবা—থাতুনা লৈতেং হাম্রা; শারা শিগাই হৌবা—মতু চোম্না।

শারোন কৌই—শা য়াম্না লৈবা।

শাহুম্নবা—শাহুম কনবা।

শায়া অপাঙবা—-শমু ময়া অঙৌবা।

শায়াই—শা অচৌবা; শায়াই কনবা—শাদা ময়াই কনবা।

শাযেং কাইবা—শা ফাবা, শা হাৎপা।

শায়োককোন—শা য়োকবা মফম।

শিংেবা—চংহনবা।

শিওকলকপা—পাখোন শিরকপা।

শিওকলন—অশিবা ওকপা লম্বী

শিংশাং থনকৈ চৈনম্বু—কালৈ, লৈমু।

শিঙ্গম্বা—শীং য়ানবা, শিঙ্গম চনবা - শীং চনবা।

শিঙ্গারেং—শীংজা মপুন।

শিংঙেন—লৈ; শিংঙ্গেন ইচু

থাও—লগী মনম, শিং-
ভেন লৈ পুল্লম্বা— তমলম্বা।

শিংচেপ—শীং গচেংনা চেংনবা
যৈবা ; শিংচেপ মৈরা
হাইজৌ থানবা--মৈরা চম্বা।

শিংজা—শীং মচা, শিংজা
থাইকোইবা—শীং চনবা চৎ-
পা।

শিংজেনবাই—শীং চনবা লম।

শিংত্রম—শী অত্রম্বা, শিং
ত্রম নিঙ্গোই যেকপা খোই-
থুম লাইনিংথৌ--বিধি ব্রহ্মা।

শিংমিৎ—শিংচেপ।

শিংলেল - খোই ; শিংলেল
ইচু থাও—কুচু মাংদবী :
শিংলেল তাইজবা লম--
খোই লোকপা লম।

শিংয়েল—হৈ, লৈ।

শিখৈনবা—শিমিন্নবা।

শিখৌবা —শিথিবা।

শিথিনবা—অশিবা থিনবা।

শিন্থবা—-তাথবা, চেন্থবা ;
শিন্থ ঈ চেন্থকপা ঈশিং।

শিন্থোই ফবী—হৈশিংবী।

শিনাই—মথুং মশা হৈবা, শি-
নাই নানি গোংবা—লম্ভু
মচিন অনি লোংবা ; শিনাই
য়ানাইবা—কোয়না চগুলা
লৈরিবা।

শিনৌ—লশিং ; শিনৌ লকা
মোইমাইতোন---—নিংথিবা
মমাই।

শিফা—লৈচিন, শিফা নিক-
পা—পাঙল শোনবা।

শিরৈ তেংবা—অশিবদা লৈ-
তেংবা।

শিল—থবক ; শিল্লেরোম্বা—
খণ্ডন তৈতবা, অপংবা ;
শিল্লোকা - থবক শুফম কা।

শিশাক তরেং খোংথাং লৈবা
—মোইথাপ নাইবা।

শিরোংবা—-থাবা, চৎহনবা,
পোৎশি পোৎলোইবা।

শিয়েং—অশিবগী পোৎযে'ন' ।

শীংজারক—উরক ।

শীংবি—শীং, শীংবি ভামজাও পৈবা—মৈ মমাংদা শীং পৈবা, শীংবি মকারাম্বা মৈ নিংখিনা য়াংবা ।

শীৎপা—শিৎ শিৎ শীৎপা, লৈ- ভবা ।

লৌ শীৎপা—লৌ উদবা, পোৎ শীৎপা—পোৎ য়াম্না যোনবা; ঊশিং শীৎপা—ঊশিং কং- হনবা ।

শুংদাই—মশুং ।

শুক্তা শোইদাবা—মচা মশু মথং মথং পোকপা ।

শুক্লা—নোঙ্গজ্নুনা, হুম্বনা ।

শুকনৌ শোইনৌবা—ধারা কৌবা, ধারা তাওবা ।

শুকমূ—স্মূক, শুকমূ পৈতম ফেনবা—ফৌ শুবা ।

শুকহোং শোই হোংবা—ধারা লৈবা, য়াম্বা ।

শুনকম—ক্ষৌরকর্ম ।

শুনা—ফি শাবদা কারন তানবা লোনবা লং, শুনা লংলৌ থিবা—শুনা থনবা; শুনা ছাওদৈ কাংবা—শুনা কাংবা ।

শুম—উদা লৈবা তীল জাৎ অমা, শুমদাও হুন্দরবা—শুম তাও চাদবা, শুমমিৎ লোন্দবা—শুমচাদবা ।

শুমখোংপাল—মরু ওইবা লম; মাইকৈ মরিমক্তগী হেনবা ।

শুম্মী—শুম্বন ।

শুমলৈমা—নোংমাইথেম, শুম- লৈমা চন্নু—নোংমাইথেম নিংডোন ।

শুমলোই—মপুন ।

শুমাই—শুমাং, শুমাই ইন- খানকম—শুমাংদা মী অশি- বা থমকম, খা'পোক খন- কম, শুমাই উরোং থিলবা —মীতোন্দা পীবা, থাজবা,

হৈজিপোৎ পুবা; শুমাই কংশিবা --শুমাংদা পুথোকপা, শুমাই নোংলাংবা --শুমাংদা থোকপা, শুমাই য়াংদৈবা—শুমাংদা পুথোকপা।

শুৰা লুংমাংবা—নহা ওইনা মাংবা।

শেঙম—পোলাংথোক, ফি ফৌনবা, শেঙম থোং— চিংতুনা লৈবা; শেঙম লাকলৌ যুংবা—উ যুংবা।

শেঙোই ঈ—হুমাং।

শেঙোইবা—ইকাইবা।

শেঙোইরোকপা- শেল তোপ্পা।

শেংজরৌ--লৈহৌবা, কলহৌবা।

শেংথাকপা—ভশতনবা।

শেংবা—শেংদোকপা, তরু তরু হনবা।

শেংবা তরৈ কাবা—অকিবা লৈতবা।

শেকচুপ—উচুক।

শেকচুম ই- চেম্বরকপা ঈশিং, চুথরকপা ঈশিং।

শেকনম নরম্বা— মরাং কাইনা তৌরম্বা; শেমনা চারম্বা।

শেকমোং—মবুক মমুং।

শেত্তুম শেৎ—শেৎপা।

শেৎনবা—থাইদোকনবা।

শেদৌ তৌ—শদৌ থোংবা।

শেনজংনা—ইশেন মরী।

শেপ্পাও—শেম্মুং; শেপ্পাও পাল ওংবা—শেম্মুং।

শেন্দবা—ভাদবা, চিৎথদবা, শোইদবা।

শেম্রেং—অরংবা।

শেম্না লোংনা—অমত্তা ওইরম্বদগী থাইদোকপা।

শেম্মেম্বা—শেমলম্বা।

শেনফাং তুফাং চৈরোই থাব—শেম্মাং পাইবা।

শেনবা—ভাকপা, শোইবা।

শেনবি মিহথোম থোংমাং

মিপ্পাই খোর্ম—মনিং মখাং-
দগী লাকপা ঈশিং।

শেনলুকপ্পা—ম্বায়েল তৌবা।

শেপ্পী—কবো, তেখাও; শেপ্পী
ঙামলোপ্পবা—কবোগা তাই-
নবা।

শেম্বুং লোকপী—খিঙ্গোম।নং-
ঙোন।

শেরা লাইখাই থাপ—মফম
খংদবা।

শেরি—শেল, শের মথোং
অপ্পাংবা শেঙ্গাও মরা
অপাকপা—শেল অচৌবা,
শেরি শেঙ্গাও চিমলা—শেল
য়াম্না পৈবা।

শেল্লৈ—শেলগী কাংবু, শেল্লৈ
মীক্লুতোং——মীগী মথক
থোংবা।

শেল্লোই—লম অমগী মমিং,
অঙোম; শেল্লোই অমম
লৈশারোক——শেল্লোইগী
লোক মমিং, শেল্লোই
নাই—শেল্লোই লংমাইদা
লৈবা।

শেল্লোরেন—ইশেন।

শৈওনবা—ওল্লকপা, হৈশ
শকপা; শৈওনবী—ওল্-
লকপী।

শৈওন মৈগুম্বা—মৈচাকপগুম্বা।

শৈখংবা—ইশৈ খঙবা।

শৈথিরকপা—হায়রকপা, শক-
লকপা।

শৈত্রবা—ইশৈ শকপদা শোং-
থবা হম্মবা।

শৈশকপা—ইশৈ শকপা।

শোইখোং তাংখৎপা মম্নুং
থোংখা পরৈবা——মুপী
মুপা তীম্নবা।

শোইদ—য়েনবী।

শোইনাইদবা—মচা পোক্তবা,
ধারা লৈতবা।

শোইনিবা—লাইনিংবা।

শোইপাই—য়েল।

শোইবা—ককপা।

শোইরেন হুনবা—উনৌ হুনবা।

শোইরেল থমভাকপা—ঈশিং ভাকথৎপা।

শোংকিবা—কিবা, (শোংকিদবা—কিদবা)।

শোঙ্গাংবা—কিবা; (শোংগাংদবা—কিদবা)।

শোংজি নাতৈলোন—ক্লোপ হাত্নুনা লৈপাক শিবা।

শোংনা চাওনা—য়াম্না।

শোংবু—হাও।

শোংলৌ—শরু।

শোরুবা—শম্নবা, তিম্নবা, শোকনা থিবা—শোকহৈদবা।

শোক শোকপা—মগুন লৈতবা।

শোনথৈ নিকপা—য়াম্না রাবা, মতৈ নিকপা।

শোম্নবা—ভাংনবা।

শোনবা—কন্দবা, পনবা, নিংশিংবা; শোম্না শুকনা—মশা ভমদনা।

শোমমোইবা—শাওবা, শোনবা।

শোখেৎ—ভাজিন, তা মচিন; শোখেৎ থোইবা—শৌ থাকপা, পল য়ানথাইবা।

শৌদি—শৌ থাকপা, শৌদি নাগনম—শৌ থাকপা, নমথেকপা; শৌদিয়াল—লাং থাকপা।

শৌবন—শৌ থাকপা পন; শৌবন মাংওই থিনবা—পুং য়ৈবা।

শৌবা ভোংবী—লৈশাবী

# হ

হঙেন কোন্নো—ইশৈ অমগী মমিং ; হঙেন কোন্নো পাওত্তাকশৈ- ক্ষনবা খোম-জিনবা শকপা ইশৈ।

হংচেংলৌ—মকোক ককপা।

হংমতোনবা— হং য়াওদবা।

হকচেং—মশা, হকচাং, হক-চেং মমাল লৌবা—মশা অত্থমক পুরকপা ; হকচেং শামা মাল্লৌবা—মশা ফুবা।

হকপা --লুমবা।

হকমরোই—কনবা, ঋবা।

হৎয়োনবা—মচু তাঙবা।

হনচক ঙাচক—অমদা অমা অমদা অমা হায়বা, চগৎ চগৎ ঙাংবো।

হজিং চিংমৈ—ছিরুশং।

হনবা হন্নু—অহন লমন।

হন্নু—হন্নুবা ; হন্নু মাল্লেকাবা—অহন ওইরবা ; হন্নু মাল্লে ঙাবা—হন্নুবা ; হন্নু মাল্লে ঙাবী—হন্নুবী।

হলরাইবা—হল্লকপা।

হয়াচক—ত্রেতা যুগ।

হয়া লাওনা শৈথিবা—মখোল থোকনা ইশৈ শকপা।

হয়াহে—হে ইপা ইমা, ওহ লাই ( রাঙ্গোদোক )।

হয়িং পেংলোইথি—হয়িং মথি।

হয়িচক—সৈত্য যুগ।

হয়িচা হয়াহে—হে ইপা ইমা ওইবা লাই।

হয়ি য়াখোংচংবা—মমাংঙৈদগী হৌনা চৎলকপা।

হয়ু নাহে নোং—নাবা হুমিৎ।

হয়ু মচুংশং মুংনাং মনাৱেক—অনাবা নাহেবা।

হয়েং—তুংদা ওইরকদবা মতম।

হাই ইগীদি—হায়রবদি।

হাইথবা—তাথবা, তুথবা।

হাইবি—শিংজং।

হাইমন তানবা—অশম্বা থিবা।

হাইমৈ—মমৈ; হাইমৈ চোনবা —মমৈ চোনবা।

হাইশিংনবা—তিম্নচিংবা শিং-পা।

হাওকু য়াইথমপোং—চীংদা হৌবা য়াই।

হাওখুরকী কম্বী ফবা—হাও মরক্তগী অথৌবা।

হাওজোং খোলোইবা—লু-হোংবা।

হাওজোং ঙম্বী—অঙোম নিং-ঙোন।

হাওদৈ—য়ু, লু, হাওদৈ কোকারবা—য়ু ঙাওবা।

হাওমন—হাওগী পামলৌ অমনবা, শিং; হাওমন থাপাকপা—শিং মপাক; হাওমন মপান থেকঙমদবা —শিং মপাক ফুকপা ঙম-দবা।

হাওমুক্লা—মুকনা; হাওমুক্লা লেংকাই চনবা—মুকনা শান্নবা।

হাওরং—কি।

হাওরৈ—মাইকৈ; হাওরৈমা চনু—খুমন নিংঙোন।

হাওশি—পোরোম, তিংথৌ, অশিবা, হাওশি খুদোপ মলরাবী হাওমল লাংনা কেমলবী—তিংথৌনা খুদোপ কোল্লগা ঙাইহাক শিরগা হুন্দোক্লুনা মাংবঙুম মাংলবী; হাওশি ঙমজিংবা—মকোক চিংবা, লুচিংবা; হাওশি মংথিনবা—মং তাম্না পু-থোকপা (পোৎলোইবা লোই-রগা চফু অমদা শক হাপ্লগা লোলাইদা হাপ্লগা পুরকপা অদুবু কৌই)।

হাংঙম লমদে—হাংবা ঙমলমদে।

হাক্তং তা—মশাগা কোন্নবা তা।

হাকথং—হকচাংগা তাইনবা।

হাকুম—হৌখিবা ; হাকুম কোনবী য়চিনখাক—লৈ অখনবা চিন্নথাক।

হাগোকপা—পোকপা।

হাওবা—পীবা ওবা।

হাজেন্নবা—হাদোকুনা চেনবা, মকম মরাং খওদনা চেনবা।

হাজেনবা—কাইহুনা চেনবা।

হাতিং—তিংথৌ।

হাথবা—পোকপা, ভারকপা।

হাথৈবা—হৈদোকপা, লোৎপা।

হাপচা—হাপফম, থমফম।

হাপশা—হাপপা ; হাপশা কৈরেনশন—কৈ থম্নবা, হাফুরোন হুদাংশাং—অরৈবা মী জীব মথৈ হোহুনা।

হামলেন—লৈচিন।

হামুক—অমুবা ; হামুক কারেম—য়োংশবী অচৌবা ; হামুক কৈকাবী—ক্ষোরেন অমুবী, হামুক জৈবা, হামুক কৈগরৌবা—লৈখোম লৈনাং তৈবা।

হারাইরোই—হুইরোই।

হায়মল লাংদা কেমলাইবি—হুন্দোকুনা মাংবা।

হায়া লাওবা—মখোল থোকপা।

হি—ঈশিংদা চৎনবা উনা শাবা, হি থাবা—হি য়ানবা, হি য়ানফম।

হিংফোইনবা—হিংনা ফাবা।

হিংশোংবা—হিংবা।

হিকনা হৈনা—হিক হিক লাওনা।

হিগা চৎলম ফানসাং—মীনা চৎনবা লম্বী।

হিগা থানবা য়াইথা থানবা—নেৎথুহুনা থম্বা।

হিগাশং—হিয়াং ভান্নবা মীগীদমক শাবা শং।

হিজনবা য়াইজনবা—শুমহুনা থম্বা, কাহুনা থম্বা।

হিজল হিনাও—হি হোনবা।

হিম্নি—হি চিংনবা থৌরী।

হিয়াং—হি তান্নবা; হিয়াং-লোই—হিরোই; হিয়াং হিরেন—ভি অচৌবা।

হুইতিকা—শনপোং বোইবদা পাইবা শাজে।

হুইথবা—পিকথবা।

হুইদাও—হুইগুম্বা।

হুইদোক কবাকলৈ চঙ্কই কাং-বলৈ—ফম্বী অয়াংপা লৈ-তবা।

হুইক্রু—নাপী মথল অমা; হুইক্রুগুম মপোপ চাওবা—মশা কবা, থুনা চাওবা।

হুইপুরোই—হুই পুবা মী।

হুইবা—কুম্বা।

হুইম থাবা—লেংহন্দবা।

হুইমু তম্না—হুইগুম্না।

হুইরি—হুম্বিং জাৎ অমা; হুই-রি থংপা—বাশকনবা।

হুইরোং—রানা শাবা কবাক।

হুইশোল্লকপা—চিংশকপা।

হুইশোল্লাংবা—পোথাবা।

হুই হৌরাওবা—হুইগুম্না খোং লাওবা।

হুইয়াই—ময়াই; হুইয়াই গাই-নোক—হাইফেৎ নোকপা; হুইয়াই শেনগোইবা—ইকাইবা।

হুংগা মীকপথোন—মীনা কপ্পা থোঙ্গেন।

হুকচেন্নবা—ঙ্খিংনা চেনবা।

হুজথে—হুখ্রে।

হুনঙমদবা--হুন্দোকপা ঙমদবা।

হুনঙাম্বা—হুন্দোকলম্বা।

হুন্না—হুন্দুনা; হুন্না কো-ঙ্গোই থু—হুন্দুনা থৌন্নী থুবা, হুন্নারুক—-থুমুক হুনবা।

হুপচিং—লৌশিং।

হুপনা—হুপ মনা, হুপনা তোনগা চিংবা—হুপ মতোন চিংবা।

হুম্না—খোং খোংপা।

হুপলেন—হুপ।

হুম ওইবা—ময়ুম ওইবা।

হুমথংপা—পুথংপা।

হুমদংবা—কাংক্রম।

হুমফু—হুম হায়দুনা পোপ পোপ ফুবা; হুমফু নারেং শুম্বা—অঙাং শুম্বা।

হুমানবা—খোকমিন্নবা।

হুলানবা—তোঙানবা, হুন্-দোকপা, হুলান ঙমলোই—থাদোকপা ঙমলোই।

হুয়াই লিকলু অথেংলা—কোম্না লেংবা লিক্লা কোঙ্গোই পান্নবা লিকলু ওইবা।

হুয়েল—লাল; হুয়েল নরাল শাবা—নহাক্কী লাল শাবা, হুয়েল মঙাল নাইবা--লানগী দৈজেং শেম্বা; হুয়েল লান-বুং থোনবা—লাল চংপা।

হেক ঙাইবা—হিক হিক লাওবা; হেকঙাই মুংয়েং চেং—মপুক মুংশিদুনা হিক হিক লাওবা, হেকঙাই মুংয়েংচেং মুংঙোই সিমওনবা—খোইজেং মুংজেংবা, মুং-ঙাইতবা; হেকঙাই মপাও চাওবা—মখোন চাওনা লাওবা, মথন্নাই রাবা।

হেকথোকপা—ন্নাইনবা।

হেকমাই কাবা—মথোই তোং-বা, মথোই কাবা।

হেন্তাক—ঙাখানচিংবা ঙা হোং-হুগা শুদুনা থম্বা; হেন্তাক খুত্তম্বা—হেন্তাক হুবানবা।

হেনবা—যজবা, কেবা, থোইবা।

হেম্না—লাকপা, হেপথোকপা—কোইথোকপা।

হেববা—য়োবা।

হেবি—ইবেম্মা; হেবিধু—ইবুংঙো।

হেমখু—হি।

হেমজেং—থুন।

হেম্বা—-হাও, হেম্বা শৌশাবা—-হাও মনাকনবা, হায়বা ইন্দবা ; হেম্বা মানসরিক—হাও নাওসেক।

হেমোইবা—কেথোকপা, হৈনবা।

হৈওস্থোক—হৈ ওস্থোকপা।

হৈকু—হৈ মখল অমা, হৈকু পোত্তম শেম—হৈনা পোৎশেম্বা।

হৈকৌনবা—খর রাৎপা।

হৈখিবা—ক্ষাবা।

হৈচেম্নবা—হৈ হেকপা।

হৈজা অরোই—ওইজ ওইথক, লল্লোনবা।

হৈতম খরাই পেত্তম্বা—হৈজিং পুবা।

হৈত্ত রাইবা—হৈতবা।

হৈতৌ মুংখারা—হৈ অহাওবা।

হৈথাম্নদবা—নিংদবা।

হৈনবা—খুৎলোইবা, পক্লবা।

হৈনম—হৈ মনম ; হৈনমশাং—হৈ মনম কুইনা নম্বা।

হৈনরম—হৈনবা লম।

হৈনা—ত্থুং ; হৈনা নউ কেল্লবা—হান্না হায়ত্থুনা থম্নবা, ভাংনত্থুনা থমলবা ; হৈনা মরিল ততবা শম্বা মপান কুমদবা—হৌনবী কাইদবা।

হৈবা—খভবা, হৈথবা ( খবক হৈবা, কোন চেনচিংবা হৈবা, ঈশিং হৈবা )।

হৈমাংতানবা—হৈ ফুকলকপা।

হৈরাং—হৈ ; হৈরাং ইযুশা—হৈগী মশাগুম্বা ; হৈরাং চার মতমলক—হৈ চান্না শেমলকপা ; হৈরাং তাইবোম্বা—হৈ চরোং ; হৈরাং তুগুম মচায়ান—গর্ভ পুবা ; হৈরাং লুকথোং পুনা হোইথিকবা—লুহোংত্থুনা লোবা।

হৈরু—কুদাম।

হৈরেম—হৈরেম খুল্লাল ( খুল

১গী মমিং ); হৈরেম পোনবী লোকলাও থোং— উচেক্না লানবা থোং।

হৈরোম—জাং অমগী মমিং, হৈরোম কাও—হৈরোমগী শল।

হৈরৌবা—ফাবা।

হোইজিংলকপা—চিংলকপা।

হোইথিবা—থিবা।

হোইথেমগন্বা—চিংবা গন্বা।

হোইরৌ—অহানবা হৌবা।

হোইশেন্বা—শেন্বা।

হোইশোনকম—পুকম।

হোইশোল্লকপা—চিংলকপা।

হোইহৌরম—ৱা হৌরকপা লম, ৱা ফোংদোকলকপা।

হোইয়ানবা—য়ানবা, ১গা ১গা মোং তিন্নবা।

হোংকু—অঙোবা।

হোংনা—মরাং কাইনা, মমল থরদনা ঘান্না ফংবা, হোংনা চাউনা—মরাং কাইনা; হোংনেৎ চাওনেৎনা—মরাং কাইনা।

হোংনেম্বা—কুশ্মি তৌবা।

হোংলা—ক্তি, পয়া পরৈ; হোংলাতোন—নহোং অতোনবা, মচা অতোনবা; হোংলা তোন্দা—ক্তি মচিন।

হোবৎপা—শোইবা, ওমদবা, ৱাৎপা।

হোপইগী—হোনবগী (হিন-চিংবা হোনবা)।

হৌওই—মাগী।

# য়

য়াই—মৈ, অরুবা পোৎ ; য়াই চেনবা—য়াই পুবা, য়াই তম্বা—-মাগীদমক তম্বা, য়াই মরু—য়াই অরুবা, শিদবা য়াই।

য়াইথিবা—অনংবা, লাইবক থিবা।

য়াইথোং—অশিবগী থোঙ, অশিবগী লম্বী, য়াইথোং করাওথোন—অশিবগী মীকপ মীরাও ; য়াইথোং করাওথোনবু তাদবী—অশিবগী অকপ অরাও তাদবী ; য়াইথোং নানম শকপা—শিগপলোন শকপা, তেংথাবা ; য়াইথোং শাহুন—পোৎলোইবগী থৌরাং তৌবা ; য়াইথোং শিংথালৈ—অথিগম, য়াইথোং শীংসুবা—অশিবগী শীং গাইবা (চিত্রগুপ্ত)।

য়াইনরোক—মৈ থাহুনা থিবা লম।

য়াইনা শোক্কোং থনবা—শঙ খনবা, অশিবা থম্নবা শঙ শাবা।

য়াইপল য়াই—য়াইপল মপান।

য়াইফবা—মুংঙাইবা, লাইবক ফবা।

য়াইফুবা—কোনশিনবা।

য়াইবি—থরাই, য়াইবি ইনিন খম্বা—মনিন থোক্কবা, য়া কোংদোক্কবা ; য়াইবি পোললিখিবা—থরাই চোংথোকথিবা ; য়াইবি লিচিন্নরকপা—ফাইবোক পোকমিন্নরকপা, য়াইবি মন্নুংহৌবা—থরাই শোকপা, শাওবা।

য়াইরি—লি মথল অমা, য়াইরি থাংথোংনবা—-কাঙহু লেংদা থোংবা, য়াইরি পাফন—কাংথোন, য়াইরি

লোকমাই তানবা—লিনা লোকমাই থন্না হৌবা।

য়াইল শোক্তোং খনবা য়েন্‌পাক তুপ্পা, চোম্মং খনবা।

য়াইশংবা—মচু শংবা।

য়াইশি—খুবোম।

য়াইশিং—লানগী মযাই কাবা।

য়াইশেল য়াইফো-ফৌ অফবা।

য়াওবা-পংসা চাবা, য়াওজবা—চাবা।

যাওরৈব—ময়েংবম, য়াওরৈব চম্নু—ময়েংবম নিংভোন।

য়াওরৌ—শা, চামিন্নবা, যাওরৌ খুজুম চোক্লবা—মফৈ চোক্লবা শা, যাওরৌ খুমন—ওক, য়াওরৌ ফৈশোনরবা—মফৈ তারবা শা, য়াওরৌ শজিরেংনা—শজিনচিংবা, য়াওরৌ শচুং লুচাওবা—শামু, য়াওরৌ শা তোকপ তোকমু মৈশাংবা—হৌদোং; য়াও রৌ শামকোই তুরেল মিংথাংকোই নাওরা খোইরেম্বাং—কোঙ্গেং।

য়াওশোম্বী—অভোম নিংভোন।

যাঙংথি—হরি নোংনাং।

য়াঙ্গোইবা—চৎপা, লৈরুবা, য়াঙ্গোইমিন্নবা—লৈমিন্নবা।

য়াংতেক—য়াং মথক্তা তেকথবা; যাংতেক চাইচিনবা—মতিন ময়াং থেকনা হোৎনবা।

য়াংদৈ খাবা—ভাকপা।

য়াংদৌ—শারম, শা, যা দৌ নৈহেন্নবা-থুনা হল্লকপা, লমথাংদগী হল্লকপা।

য়াংনম—য়াংগী মথক্তা হাপ্পা।

য়াংনা—থুনা।

য়াংলৈ—ভুই; য়াংলৈ ভম্বী—খুমন্থেম নিংভোন; য়াংলৌ—লম্বী, য়াংলৌ থানথোকপা—লম্বীদা পুবা; য়াংলৌ লমদাং শাংবা--লম্বী অয়াম্বা

য়াংলৌ লম্মা থুপ্পা—লম্বী অথুপ্পা, মী উদবা লম্বী।

য়াকাচেক—উচেক তোংবা।

য়াকাবা—-থোকপা, লৈবা, মযাম তিনবা।

যাকারোই—মী তিনবা শঙ্।

য়াকোল—শঙ্গাই, লৈফম (খু-মননা হায়বা)।

য়াগচাইবা—য়া য়া লাওনা কায়বা।

য়াগরেক—অহিং লেকপা।

য়াগৈবা—হৌদোকপা।

য়াচংবা—ইমুং চংবা।

যাতাবা—হিয়া, য়াতামিন্নবা—হিপমিন্নবা।

য়াথং—হুকুম; যাথং চেলবা—মথা চিকপা, য়াথং হোইয়া শম্বা—রা শম্বা, রাহৈ হৈতবা, য়াথং পাং-শোই নিকপা—চায়গদৌবা শোইবা, রাৎপা।

.য়াথোকপা—চৎথোকপা।

য়ানা ওম্বা—লৌ হৌবা।

য়াফাংলুংদা—ময়া মন্নুংদা।

য়াবিরোক—লৈমবেন।

য়াবু লাউইরোক—হভোই।

য়ামজেং—লৈকুপ, মাই, লাই-বক; য়ামজেং কাছা চাওবী—য়াম্না য়ৈথাই থিনগাই-গনবী; য়ামজেং নমুক্রবা—ইম্থোকপা, চংহন্দবা, থৌ-শাদবা।

য়ামদরৈ নেৎশিনবী—মরা কং-হন্দবা।

য়াম্বী—য়াম, লোং; য়াম্বী চেংজা মাইঙৌ তানবা—চেং চোইবা।

য়ামলা - উ।

য়ারেল—য়া, য়ারেল খোংথৈ চিকপা—ময়া চিকপা।

য়ালহৎপা—ককপা।

য়ারা—ঈশিং, স্বর, খোঞ্জেন, লল, অঙাং পোকপগী য়ারা; য়ারা থল্লৌ থিবা—মখোন

থিবা, য়ারা খোল লৈত্রিবৈঙ —খোন থোকত্রিবৈঙ ; য়ারা তুপ্পুপ চুংবা—মতু চুংবা, য়ারা পুরিবা—মখোন পুন-শিনবা ; য়ারা মশিং শুরবী—কুপ থা শুরবী ( মীরোনবা থা শুরবী ), য়ারা স্থজা নম্বা—কোকফাই নম্বা।

য়াশরিক—মখোল নৌবা।

য়াশৌ—যা অশৌবা, য়া অরোংবা।

য়াহৌবা—তাকপা, তৌদোক-পা।

য়ুকোবা—ইবাৎপা।

য়ুঙৌ পুঞ্জা ওৎপা—পুকয়ু।

য়ুচেংনা—মযুং ইন্না।

য়ুতিং মতাং তোই—য়ু তিংবা।

য়ুনারেক—মনা থোৎপা।

য়ুনৈনবা—য়ু থকপা।

য়ুনৈহৌবা—য়ু মরাং কাইনা থকপা।

য়ু পিংবা—য়ু তাওবা।

যুবা তোনঙম্বা—যূনা কোক্তা কাবা।

য়ুম—লৈনবা মক্ষম, য়ুম ওইনবা—য়ুম ওইদ্রনা লৈবা।

য়ুমথু—য়ুম ; য়ুমথু মনিল নাইবা—য়ুম য়াম্না লৈবা।

য়ুমখৈ তাকপা—য়ুম শংবা।

য়ুমখৈ ফংবা—য়ুম চংবা।

য়ুমগা তম্বা—ময়ুম পানবা ( মুপী থিবা )।

য়ুমগাবা—য়ুম তাংদ্রনা লৈবা, য়াওং ইনবা।

য়ুমজংবা—য়ুমদা চংবা।

য়ুমজিন কাকখৈ থাবা—থাজ-বা, পীবা।

য়ুমদাং—য়ুমদা তাংবা ; য়ুমদাং শাংবা—য়ুম অচৌবা।

য়ুমদাবোক—য়ুম তারম্বা।

য়ুমদোন লোম্বা—য়ুম পুম্নমক

য়ুমলেন তানবী—শক ফজবী

য়ুমলেন লাকলৌ শিনবা-

ফজনা শিনবা।

য়ুমলেপ তম্বা—য়ুম পানবা।

য়ুমলৈমা—হৌদোং।

য়ুমলোই—য়ুমলোম্নবা।

য়ুমযা—য়ুম ময়া; য়ুময়া হেপ—য়ুম মনাক্তা চৎপা।

য়ুময়াই—য়ুম ময়াই, য়ুময়াই থাইবা—য়ুমলক চংবা।

য়ুমিৎ—লাল।

য়ুশিন ব্রাইবা—য়ু পিথকপা, য়ুনা শিনবা।

য়ুহু থৌবা—য়ু শুংবা হৈবা।

য়ে লৈ মৈরাবা—মৈশুম ঙানবা।

য়েক তৈবা—ময়েক নিংথিবা, য়েক-খোৎপা।

য়েক্রু—য়েক্রুবা, চান্নদবা, য়েক্রু ইরৈ চনবা—তাথিবা, য়েক্রু চনবা—য়েংথিবা, খৎনবা।

য়েক লাবা—ময়েক লাবা।

য়েৎত্রৈ-য়েৎশম, য়েৎ থংবা।

য়েনখা—য়েনগী মথা, য়েনখা শেৎপা—য়েনগী মথা শেগাইবা।

য়েনখোম—য়ুমনাক অমা; য়েনখোম খোমহানবা—চেংজেন লাংবা।

য়েনগোই থোংবা—য়েম্পাক তুপ্পা।

য়েনজা—য়েন মচা।

য়েন্দং—মহাও তংবা; য়েন্দং লুক—য়েনশাং হাপ্পা থুমুক।

য়েন্দা সোই—লমজেন য়াংবা।

য়েন্দান য়াংশুম্বা—য়েন তানবশুম্বা।

য়েম্নাবেক—মনা লেকপা।

য়েনপোৎ ইথৌরাং—খুজিন থৌরাং।

য়েনবা—য়েনবা লাবা. য়েনবা খন্দোম্বা ময়িশিল—য়েলহিং থাবা মফম।

য়েনবী—য়েন মপী, য়েনবী হুই-য়ালোম—চফম যাওব্রবা।

য়েনমু তম্ন—য়েনশুম্না।

য়েনহেন্নবা—চাদবা।

য়েনয়োম্বা—য়েনশাং যোম্বা।

য়েলহৌ— অহানবা।

য়েলাং—মথৌ, থবক, নাপী মথল অমা; য়েলাং থৌচৎপা —থবক চৎপা।

য়োই—ফজবা, চান্নবা; যোইগা শকপী—মশক ফজনী, য়োই চান্নবা—চান্নবা, লুনা তৌবা, য়োই থোনবা—হাপচিনবা, য়োই য়োই ফবা—মশা ফবা, য়োই য়োইরকপা— পুথোকলকপা।

য়োইনবা—চান্নবা, য়োইনখিবা —চানখিবা।

য়োইনা ইবন কুবা—ঐনা তাকপা।

যোইনোংদা—মুঙাইবগী মফমদা।

য়োইবনাই—ইবুংঙো, ইবেম্মা, ঐবু হেনবা ইবুংঙো, মুংশিবা ইবুংঙো।

য়োইবু—ইবুংঙো, য়ে'ইবু তুজাথৌ—ইবুংঙোশিং পুন্নমক, য়োইবু লোকলৌখুদোন ফুবা —খোঙবি মরু লুকপা; য়োইবু শমজি ঙাইখোম্নবা —শমজি পুনবা; য়োইবু শমু খোংনা ফংবি—মনাই অচানবী; যোইবু য়োইহৈ— ইবুংঙো ইবেম্মা।

য়োইময়াই—মুমিৎ, য়োইময়াই মথোং তৈনা লোল্লকপা— মুমিৎ থোকলকপা।

য়োইমাবা তংলৈঙান—মুমিৎনা থোকপা মাইকৈ।

যোইকমলোন—অরাম্বম, লাইরেঞ্জম।

য়োইরেনবা—মকোক ওইবা; যোইরেন লাকলৌ শিনবা— মকোক ওইবনা শিনবা; য়োইরেন শংনামুং মাইবী লোইশং।

য়োইহৈ—ইবেম্মা, য়োইহৈ

চারল তাবী—কোন্নুংদা লৈবী মুপী মশা নানবী, যোইহৈ নাইজা তিনবা—ইবেন্মশিং তিনবা।

য়োংবা—থকপা, (ঈশিংনচিংবা থকপা)।

য়োংহোইরৌ—য়োং ডাকপা।

য়োং—ধাতু মখল অমা, য়োং-খোমশোই—যোংখোমজিনবা মী, য়োংশুংপুং—য়োং শুংবা লম, য়োংশুংনম—য়োং শুংবা লম, য়োংশুবা—য়োং তৌবা, যোংহৎচনবা—য়োংনা য়ানবা।

য়োন্‌বা—লানবা; য়োন্দবা—শোইদবা, লান্দবা।

য়োমদম পৈবা—ময়াম পৈবা।

য়োম্বা—য়োমশিনবা, পুনবা।

য়োমলোই—ময়াম, য়োমলোই হৌবা—ময়াম হৌবা, ময়াম তিনবা; য়োমলোই য়োম-দাংবা—লোইনরকপা, মরূপ মপাং।

যোশুবী—যোংশবী।

যৌঙমদবা—যৌবা ঙমদবা।

য়ৌফম তানবা—য়ৌনবা হোৎনবা।

যৌফদবা—যৌবা ফত্তবা।

## লোইরবা